# EIGEE WAHEI

*A collection of Manipuri (Meeteilol) poem by:*
**KHURAIJAM ULEL MEETEI**
Sagolband Tera Keithel
Sapam Leirak,
Imphal, Manipur (**INDIA**)

অহান্ব ফোঙ্ : ২০০৮ (**জুলাই**)
অফোঙ্ব : রাংনিংবীন
বাইর্তবস ফোবম্ ইম্ফাল্গীদমক্ত ফোঙ্জব

মখূম্গী মওং পুথোক্প : বুধ চিংথাম্
মখূম্ য়েক্প : ও: সি: মৈবা
মমল্ : লুপা ৯৫/-
মসীং : ১০০০

**অইবগী ফোঙ্খ্রব লাইবিক্সিং:**

১) ঐগী রাখল্ - ১৯৯৮
২) ঐগী খোঞ্জেল্ - ২০০২
৩) ঐগী মীৎয়েং - ২০০৬
৪) ঐগী রাহৈ - ২০০৮

**লাইবিক্ নম্ফম্:**

বি:এস: প্রিন্টিং প্রেস
সগোল্বন্দ লম্বী নুপা কৈথেল্, ইম্ফাল্
এবিয়ান্ থিযেতবগী মনাক ।

**লাইবিক্ ফংফম্:** পেত্রিওতিক্ বাইর্তস ফোবম,
সি:সি:পূব পার্কিং, কৈসামপাৎ ।

**ISBN 978- 81-89101-21-3**



ৱাখল্ পীবিবদগী নঙ্ন

ইজবনি সৈবেং ঐন

অদুন

নহাক্কীনি

“ঐগী ৱাহৈ” সৈবেং লাইবিক্সি ।

# ঐগী ৱাহৈ

পুক্নীংদ ফাওবক্প ইথিল্ কযা ৱাখল্গী মঙ্লান্দ খোঞ্জেল্ থোক্ল কবিগুম্ব খব সাগৎচবদ ঐন যেংজব মীৎযেংদগী ফংজব ৱাহৈ খব লৌখৎচবগ ঐনদী সৈবেংনি হাযদুন ইজবনি। মদুগুম্বসিং অদু পূন্সিঞ্জবগ **"ঐগী ৱাহৈ"** হাযন লাইবিক্কী মমিংসু থোঞ্জে।

ৱাফম্ অমন ঈনাও ওইনসু তিন্নজব মব্দপ্-মপাঙ্ ঈমান্নবগুম্নসু লোযনজব বুধ চিংথাম্গী ওইব ৱাহৈ খব থম্জবিবসিমদি, বুধদি অযাম্ব মতম্দ ফম্মিন্নে, অদুগীসু মথক্ত মাদী ঐগী সৈবেংবু তোযন পাবী, কবিগুম্ব খব ইবিবক্লব হাযজবদ হবাওন খৃৎ থাবীবক্পদগীনি। অদুগ লাইবিক্কী চেথ্ম্সু মাগী ৱাখল্দগী লৌজে। মদুবু মবীক্চুম্ন অমুক্ ঈনাও ঈবুংঙো ওঃসিঃ মৈবান মপুঙ্ ফাহন্বীদুন যেক্থোক্পী। মসিগীদমক্ত বুধ অমসুং মৈবাবু কাউজদে।

বনান্ অমসুং মযেক্কী মতাঙ্দদি সবকাবন মসক্ খঙ্বীব মীতৈ মযেক্কী মতৌবু তম্জবনি। অদুগ থাগৎচনীংব অমন প্রেসকী ঈচিন্ ঈনাওসিংন য়াম্ন কন্ন্ হোৎনবীবদগী মতম্ চান লাইবিক্ অসি পুথোক্চব ঙম্জবনি হায়বসিনি ।

অঈব

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল খৃষ্টকুম ১৯৮৮গী সেপ্তেম্বব ৩দা মণিপুবগী ৱাখল মান্নবা অইব খবনা পূনশিন্দুনা শেমখিবা লূপ অমনি। লাইবিক ফোঙবনা পান্দম ওইদুনা চঙশিল্লক্লিবা লূপ অসি ঙসিদি মপূং ফানা চাওখৎলবা ১সুং সাহিতা অকাদেমি, নিয়ু দিল্লীনা শকখঙবিববা লূপ ওইবতা নত্তনা মশাগী প্রিণ্টিং এণ্ড পব্লিশিং দিভিজন অমা লৈজবে। মসিনা অইবশিংদা মায়োক্লবিবা অবাবা খুদোংচাদবা কয়া অসি অযাম্বনা কোকহনবা ঙম্লে হাযবসি ঐখোযগী অচেৎপা থাজবনি।

বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল লাইবিক যোঙ্গখক্লো নত্তনা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা যূম্ফম ওইবা **'সাহিত্যগী পাউ'** থা ৩/৩গী ওইনা চেৎনা অমসু চাং নাইনা পুথোক্লি। লোযননা লূপ অসিনা মতম মতমগা চূনবা সেমিনাব, ৱার্কসোপ, সিপোজিযম, ইণ্টবেক্সন সেসন, ট্রেনিংচংবা থৌবম কযাসু লেপ্তনা পাঙথোক্লি। ঙসি ঐখোযনা মণিপুবী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতগী মফমদা কাব গুম্বা খবা খুদোল তৌবা ঙমজবিবসি ঐখোযগী মমল যাম্লবা মেম্ববশিং অমদি ইবোলবু নুংশানবা মীওই খূদিংমক্কী মতেঙনি হাযবসি ঐখোয়গী থাজবনি।

ফোবম অসিনা অসুম্না চখবক্পনা হৌজিক ফাওবদা পূন্না লাইবিক ৯৫ (মবিফুত্তবামঙা) পুথোকচখ্রে। কবি শ্রীকে ঐচঃ **উলেল মীতৈ**গী হন্দক পুথোক্চগদৌবিবা শৈবুংগী লাইবিক **'ঐগী ৱাহৈ'** অসিনা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগী ৯৬ শুবনি। লাইবিক অসি মীযামদা পাবিনবা অমদি নৈনাবনবা নোল্লক্লা খূৎশিন্নজবি।

ইম্ফাল

মে ৮, ২০০৮

**সিঃ ব্রজেশ্বব শর্মা**
সেক্রেটবী
বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।

# হায়জনিংব খর

কবি উলেল্ মীতৈগী সৈবেং লাইবিক্ "ঐগী ব্রাহে" তেল্লব মতম্দ পাব ফংই। অদুবু লাইবিক্সিগী সৈবেং অযান্নদি হান্নন খূৎই তাবক্পদ পাখ্রব ঙাক্তনি। মবম্দি, কবিবু নক্লন লোযনব মীসক্ ওইকব্বননি। সৈবেং লাইবিক্ অসিগী মবম্দ ব্রাহে খব ইব ঐগ চানব চানদব লৈবম্ব যাই, লৈবম্দবসু যাই। ঐন নাম্বোক্প ঙম্জদব হাযববু নক্লন লোযনকব অমসুং কবিগী সৈবেংসিংদ ফংলিব লীলা পীক্তু অমমম্গী মহাও অসিননি।

হন্দক্কী কবি উলেল্গী সৈবেং লাইবিক্ অসি মমাঙ্গী সৈবেং লাইবিক্ অহূম্ অদুগ খব খজিক্ খেন্নব থেংনৈ। কবিগী খ্বাইদগী নৌব ফেজ অসিদ খূৎইদ খূৎফোঙ্দোক্ত খব হোংলক্লিব মসক্ অমদি ঙসিগী খুন্নাইগী থেংনবিব বিযেলিটিজ উৎপদ মহাক্কী অচৌব খূৎলাই অম ওইবিব সেটাবিক ভিযু অসিন অপাববু হুক্ তৌব ঙম্দে। মসিগী মহূৎত কবিন তোঙান্ তোঙান্ব ষ্টেনপোইন্টতগী যেংলক্প, পুন্সিবু দিফাইন তৌনব হোৎনব সৈবেংন লাইবিক্ অসি হুম্দুন পুই। হান্নগী সেটাযবিষ্ট অমগী মসক্তু পূন্ন মাঙ্খ্রে হাযবদি নত্তে। তৌবতবু মহাক্কী সেটাযবিক ইনটেন্স অদু মতম্সিগী লৈতাদব, পুন্সিগী মমল্ যাওবক্তব, পূম্হাঙ্ হাঙ্বগুম্ব পুন্সি, লাইবক্ থীব থৌদোক্সিংন, তম্ব ঙম্দব কযাগী মমিসিংন পুন্সিবু অসুম্ নম্থবক্প অকন্ব স্পিবিত অসিন অপূন্ব সৈবেংগী লাইবিক্ অসি হুম্দুন পুই।

উলেল্গী খূৎই অমদি মফোঙ্দোক্ অসি যাম্ন চম্ন নুংঙাই। যাম্ন সিম্পল নেবেটিভ অমদ মহাক্কী সৈবেংদ চপ্চাব মুদ,এদমোসফিযাব চপ্চান ফোঙ্দোক্প ঙম্মী। মীওইবগী তোঙান্ তোঙান্ব থাক্ত সোসিযেল, পার্সোনেল্ লাইফ অমসুং নুংতিগী পুন্সি কযাগী অসোন্ব অসোযব কযা লাযন হেক্ত লৌখৎলক্ই। লোযনন লম্দম্ অসিগী বিচুযেলিষ্টিক ত্রেদিসন অমসুং পথাং পুথাং হঙ্গৎন নীংসিংদুন লম্দম্ অসিবু সুম্হৎন ঙাওজবসু থেংনৈ। মসিদ মহাক্কী যাম্ন নুংঙাইব মসক্

অমদি মহাক্কী যায়া ট্রেদিসনেল্ ওইব কেবেক্তব অমন মোর্ডন্ ব্রান্ডদ হিংলুবগী মবিং মবাংব নুংসিব থৌদোক্ কয়া মহাক্ক চিংথোবক্‌ই। ঙসিগী অমদি মীওইবগী সেম্‌দোক্‌প ঙম্‌দব নুপানা নুপীদ মতম্‌চুপ্প সেণ্টব তৌব কবিন লক্কদুন অবোন্‌ব কয়া নুংসিন লক্কবসু থেংনৈ। অদুগ কবিগুম্ব সৈবেংদ য়াম্ন লীক্ক যাম্ন সাইকোলোজিকেল্ ওইব, নুংগী সাইকোলোজিকেল্ কন্দিসন্ কয়া পাক্ চাউন সিম্বোল্ ওইনন পুথোক্‌পসু থেংনৈ। মসিদ মল্টিপল্ দাইমেন্সন্দগী যেংব, নৌনব যাব অনৌব ষ্টাইল্‌গী অখন্নব পোইটিক্ ক্বালিটি ফংব সৈবেংসু যাওবক্‌ই।

অবোইবদ মপুঙ্ ওইন সৈবেং লাইবিক্ অসিদ তাংকক্ অহূম্‌গী থাক্ত মী ওইবগী পুন্সি অসি যেংলক্লগ, খ্বাইদগী অবোইব ফেজ অহল্ ওইবক্‌প খ্বাইদগী অরাব খ্বাইদগী নীংব কাযবক্‌প তাংকক্কী ওইব সেম্বাব মপুবু নীংসিংলক্‌প থেংনৈ। মসিগী মীৎযেংদগী পুন্সিদ যুম্ফম্ ওইব সৈবেংসিং লোইন থোবকই। মসিগুম্ব মখল্‌গী সৈবেংসিংন ঐখোযগী পুন্সিগী অকিব লৈমাযসিং, পুন্সিগী ফজব, অথীব, হিংসা পুম্নমক্ লংথোক্‌খ্রগ পুন্সিগী রাহস্থোক্ থিবন লাইবিক অসিগী মপুঙ্‌নি।

বুধ চিংথাম্

২১-৪-২০০৮

# মনুঙ্‌দ য়াওরিবসিং

# জেকেৎ

ঈচান লৈবক্প জেকেৎনি আ মীবম্দগী
যাম্ন লুম্মী নহান্মখৈ খঙ্লুদবনি
কন্গদবসু মাল্লী যাম্নসু থায
চখোক্-খোত্তোক্পদ লীৎপ নুংঙাই
মমান্নব হনুব কযাদ ৱাবী সাবদ হায।

খুবাইজম্গী অহল্ মহৌসাগী মহৌসানি
ধর্মদ হেঞ্জিন্ন থাজবীনি
যূম্দ লৈবদ খূদৈ সেৎলী
খব লাপ্থোক্পদন ফৈজোম্ হোংই,
নিংথম্থানগ নিংথম্থা ওইবগ
অহল্ ওইবগী মৈনগ সোন্বগ
জেকেৎ মচুনগ চন্দন্ মচু মান্বগ
খুবাইজম্গী অহল্ !
লাংবল্ থাদ তর্পণ উসব চাব চৎপদ
মেবাগী নিযম্ লাইবিক্ তাব চৎপদ
জেকেৎ লীৎপদগী ফি ইন্দ্রে
মসাসু খীংন উবে,
হন্দক্-মবক্ অহোংব অম হাযববদি
জেকেৎ লীৎলগ চৎপদ চৈসূ সুদ্রে।

খুবাইজম্গী অহল্ !
মচানুপাগী খোঙ্গ্রাও ঊপ্সিল্লগ
জেকেৎতুগ পাবগ যেংজৈ
ইমুঙ্ লম্যাইদ হঙ্গৎ-হন্দা চৎপদ হাযজৈঃ

ঐবু খোঙ্গ্রাও উপ্লসিবা ?
চনুথঙ্দ ঈকাযসিবা ?
মতা চাকদুনা মচানুপাগ থেংনৈঃ
কবিনো পাবুঙ্গন তৌবীবিবদুবু ?
দেব- কর্ম চৎপদ পাবুঙ্দি
জেকেৎ লীৎলগ চৎলে হাযব তাবে
সউন্ন সাবনিনে জেকেৎতু,
হা ! লোইবেদনা ঐদী হাযবন্নগ
ইমুঙ্দগী মপান্ থোক্খি।

# লংদাই

মনীংদ শুন্দোক্লবগে লোইবব চহিগী কেলেঙব
পুবীখ্রো হাযবগে কুম্সি চহিগী ফত্তব প্স্ব
খূৎ হাইবগে অবোইবদ বাই ! বাই !
বাই বাইগী অহীংদ
তিঃ ভিঃ যেংগে ঈসৈ নোংমাই তৌগে
তূম্লম্দাইফাওব খূৎ হাইগে বাই ! বাই !

ঐগী দ্রোইং কম্দ থেৎলগে
অনৌব চহিগী কেলেঙব
কোম্বোঙ্দন হোজং অম স্যাবগে
লফু যুংগে লফোই-লফাঙ্ যুবি যাওগে
ঈসাইফূ খিন্গে মেন্ক্রুক্ মৈবা কৎকে,
লৈপাক্কী মপী মপা ওইবন তৌবগুম্ব তৌগে
অনৌব চহিগী যাইফ পাউজেল্ পীগে
অদুবু ঐগীদি সাইন্ বোর্ডত থেৎকে
'অনৌব চহিন লাক্পগ লোযনন
লৈপাক্ মবা তপ্ন ইঙন চীক্ন লৈব
যাইফব নুংঙাইব চাওখৎপ লম্দম্ ওইবসনু'
ঐগী মঙ্ হাযব অমসু যেপ্সিন্গেঃ
যূম্থোঙ্ খুদীং লাম্মী থম্গে
সূমাঙ্দ মনীংদ যেনখাদ কাঙ্খদ
মীচম্ মীযাম্ লম্হেন্ব ঙম্দনব
লাম্মীদ থৌনা পীগে সূদৎনব

ঐগী ব্রাহৈ

আম্দ ফোর্সেস স্পেসিয়েল্ পৱাব এক্ট ১৯৫৮ থম্‌গে
অনৌব চহিগী মমিংদ
মন্দপ্ মপাঙ্ মযাম্ অম পূন্‌গে
ঐগী সঙ্গোযদ লাঙ্গে
কোর্ফূ খাং খাবৈ চেগপ্ থোংনব গ্যাস
তীল্‌হৌ চনম্ মবোয-মপাঙ্
থাউ-থুম্ হাউননব মন্দ মবাঙ্
যেন্ ব্রোইলব থোংলগ চাননব
জনুৱাবি তাং অম চহী হৌবন লাক্‌পদ।

নীংসিংলক্লে ৱাফম্ অম হৌজিক্ত
অদুঙৈ অঙাঙ্ ওইবিঙৈদ হাযবন্না ঈপুবোক্ল
চহী হৌব চৈবাওব সজিবুগী নোংম পান্‌ব
সাউব য়াদে লাঙ্‌ব যাদে ঈসুসা !
তেংবান্‌বগী মপূ নীংসিংগদবনি নুমীৎসিদ ।
চাব- থক্‌প হাউব মতম্ নিংথম্‌থা
নিযু ইযাবস দে জনুৱাবি ওইব থা
ওইবন্নব নুমীৎসি কালেন্ থাদ
কবম্ তৌবম্‌গনি অদুদি
সা-য়েন্ চাবদ চঙ্‌লম্‌গদবা পুক্লীং
ৱা মখা তাদন মন্দ লূক্‌থখিব ঈপুবোক্
লোন্ন মপি তৈথোক্‌খিব ঈপুবোক্
উবক্‌ই ঐগী মীৎসিদ নৌহৌন।

# থৈদোরক্পদ

ফমেন্ ফক্ত ফম্ন ফম্ন
হৌখ্রব মত্ৰমগী রাখল্ খুনব্দ ঐন
ফক্লাঙ্দ থেংপ নঙগী সক্তমদ যেংই
রামিন্নবক্পগী রাবীদ পিবাং ঈহৌই।

ঙসিদি পৃক্লীং নুংসিবক্ই
খল্লু খল্লুবগ থম্মোযসে নৌথরক্লুই
ঈচা চাউনব হোৎনবদ
ঈপুম্ থীৎন রাজ্যক্পনি
ঈযাদ চাগদব কযা চাদবমখৈ
চীন্দমহন্খিবনি ঈচাদ্ নহান্নখৈ,
থাজব থম্দুন ঈচাবু নুমীৎ--থাগুম্ য়েংজখি
ফিজীগী লল্ মতম্ অমদ ওইজখি
অদুবু কদায অদুঙৈগী মঙ্
নঙ্গ ঐগ হিংমিন্নরিঙৈগী মঙ্,
ঈচান চাউবগ নুংঙাইগনি খল্লুবদি
ঈচাগী যাইফ ববু নীংলুবদি
মঙ্দ মংগ্রা তান্ব হাযবদু তাবে।

মপানি হাযন সোঞ্জবত মঙাইবে
ঈচাদি ঈমৌগী ওইখ্রে
নীংজব পৃম্ব তাযোন্নবে,
ঈচাদগী হেন্ন নুংসিজব ঈসুনসু
হনুব হনুব হাযন অঙাওবগুম্ লক্লবীবে ঐবু
ইমং খূৎন লাম্ব ফংলব মতম্সিদ
কপ্চব নত্তন অতৈ কবি অম লৈজদে

ঐগী রাহে:

*ঈচান ঈমৌন য়েংবীবদগীদি*

লৈকায়ন নুংসিন সোন্বীবদগীদি

নঙন অমুক্তং নান্বীবদুন অপেন্বনি

ঐগীদি নঙতন মহেল্লি,

মসিন ওইবস্ব তাই

সেন্নল্লিবসি নুপা-নুপী হক্চাং তংখাই

খাযবল্লিবসি পা-পী অনীগী তাইবং।

ঋাখল্ ঐগী লৈতাদ্রবদ

মীওইব ওইন হিংনীংদ্রবদ

নঙবু নুংসিব হেল্লক্লে

নঙগী সক্তম্ম মযেক্ লাবক্লে,

কনা লৈত্রব নাইতোম্ তাবব পুক্নিদ

লাক্লবোইদব নঙবু কৌনীংলক্লে

থম্মোযসে পেন্নব কপ্লীংলক্লে

নঙবু নীংসিংব মবক্সিদ

নীংসিংব অমসু লাক্লেনে,

তেংবান্ববু সেপ্পীব মপু মঙোন্দ

ঐবু লৌসিন্বীবো হায়বগে নীংলে

নঙগী লৈফম্ থিবগ ঐদী লাক্লীংলে।

## মতম্ অমদ

ঐন খঙ্ই
লৈকায়গী মীন ঙাঙ্নবম্গনি হাযব
লাইবিক্ য়াম্ন ফন হৌবক্পনিনে
অদুবু পাম্মুইদা ঐহাক্সে!

অদুঙৈদ চৎলম্মী ঐসে
কৈথেল্দগী লৈব নোংমৈ যেপ্লগ
লম্বীদ লম্জাওদ লৈবক্ত খুল্লক্ত
ফহন্নীংদুন খুন্নাইচাসিংবু
ৱাবক্চনীংদুন লম্হেন্ তুহেন্বসিংবু।

ঐন নোংমৈ পাযবিঙৈ
হাযবম্ব যাই ঐনঃ
ঐগীদি নোংমৈ লৈদো
মসিন মীবু কিহন্ব যাই
মসিন সেল্সু তান্ব য়াই,
চুম্ন নোংমৈ পায়জবনি ঐদী
অবান্বদি তৌখিদে কনা অমত্তদ
ঈসা ঙাক্থোক্চনব নোংমৈ পায়জবনি
অদুবু ঐন সাউব মতাঙ্দদি
ঐগী নোংমৈ লৈ হাযব উৎপ যাওখি
নোংমৈন কাপ্কে হাযবদি হাযখিদেনা।

ঐন নোংমৈ পায়বিঙৈ
হাযবম্ব যাই ঐন,

ঐগী নোংমৈদি অসাব নোংমৈ ওইজববসু
অফব মখল্গী চান সাব নোংমৈদি চৎলে
নহাবোল্গী নোংমৈবু লাইসেন্স পায়জববো?
ফোংন যেপ্পগ চৎপ গুম্জববো ?
চে-চাং লোইন্ন সুরব নোংমৈনি ঐগীদি
কেস মেমো যেংজনীংববো ?
লৈকুব দুকান্গী মমিংফাওব চীনুফম পুই।

ঐন নোংমৈ পাযবিঙে
হাযবন্থ যাই ঐন,
কা হেন্ব রাঙাঙ্দি নত্তে
নোংমৈ পাযব সক্ তাখৎপসিংসি
মতম্সিদ খ্বাইদগী অফাওবনি হায়জবসিংসি - মফম্ মতম্ হাযব
অম যেংদন
ওন্সিন্দুন খপ্পগ কাপ্থৎনীংই
চীন্ন হেক্ত থাঙ্ থাঙ্ ।

ঐন নোংমৈ পাযবিঙে
কবি কবিগুম্বদ অসিগুম্বসি য়াওখি,
অঙাঙ্ন সান্নব সান্নবুঙ্ মনাক্ লমীদ
লাম্মী লাক্প উবদ্
পাখৎপদগী চেক্সিল্লগ লাউইঃ
লাম্মী লাক্এ অঙাঙ্সা
কবি কবি লৈরি কাউর নখোয়গী ?
লাম্মীন কোম্লোঙ্ কানুসিনখ্রবদি
নুপী নহা পাঙ্গল্ সোন্বীসিং তানব লাউইঃ
লাম্মী চঙ্খে নখোযবোম্দ
নফি নবোন্ চেক্সিঞ্জহৌ ।

ঐন নোংমৈ পায়বিঙে
থৌদোক্ অম থোক্খি নোংম,
মসাগীত য়েংব ফম্লাইব অমদ
ঐগী চান সাব নোংমৈন মখৌবীদ নম্লুই
অদুগ চীন্ন থাঙ্ থাঙ্ নোংমৈ কাপ্সিল্লুই
ফম্লাইবদু সেন্নব নুপা অমন ঐগী নোংমৈ মুন্খি
অদুগ নোংমৈদু থুদেক্লগ হন্দোক্লুন মাঙ্হন্খি
য়াম্ল নুংঙাইখিদে মতম্দুদ ঐদী
অদুবু ঐগী হান্নগী নোংমৈ অদুগুম্ব অম অমুক্ পীয়ুনে
ফন্দুন ঐসু নখোয়গুম্ল চৎকেনে
ঐগী নোংমৈ লৈতবগী খূৎ তেক্পগী ৱানি।

# অসিংব মানব

অখঙ্ব কনা অমন খন্বনি
মী সীংথানদবগী মীনোক্তি,
দাক্তবনিনে মহাক্সে সেল্সু পায়বম্গনি
অদুবু কবিগীনো ?
মন্বদগী হেন্দুন সেগায়বব  সেন্দল্
মুচিন ফোংপ হৈববোইদব  সেন্দল্
ঈকায়দববা অসিবু লুহোংবদ তোংলিবসিবু ?
পক্চদেদা লীক্প মাল্লি লাইমসু
দাক্তবনি হায়দুন তৌবিবসিবু ?

চূং ফিবাল্ চাবনিনা
সক্ওং সবাল্ ফজবনিনা
খঙ্দব মৌ নহা কযান দাক্তবদ যেংই
অদুবু সেন্দল্ উবদদি নোক্ই।

বব কণ্যা লৈ হূক্রবে
লুহোংব লোইবে
হৌগৎনদুন লুহোংফম্দগী থোক্রবক্লে
সেন্দল্ থম্ফম্দগী সেন্দল্ তোংনবে,
নুপা অমদি মথন্ত হাযজৈঃ
ঐগী সেন্দল্ লৈবম্দবেনে !
লুহোংফম্দ সেন্দল্ মাঙ্ঙি হাযনব চুন্নববনে!
মসিনবা নুপীন সেন্দল্ পুসিন্নবিবসে!
দাক্তবন তোংলিব মসাগী সেন্দল্দ খূৎন থিল্লগ হংই

সেন্দল্ থিবিব নুপাদুদঃ
ঐগী সেন্দল্ অসিগুম্ববা মন্দপ্কীদুবু ?
যাম্ন হৈনীংদন সাউবংনন নুপাদুন খুম্মীঃ
কৈনোদা ! ঐন তোংলক্প সেন্দলদুদি ফবিবনি
লৈকব কুইদ্রিব সউন্গীনি
মদুসু ৱাযবক্পনি।

# ওম্মোক্-ওম্মোক্প

মীতিং কন্দক্ তৌব মীওইন হাযবক্ইঃ
মৈবা চূখৎপীগ্রব মতুঙ্সিদ
লৈজবে হৌজিক্ অমুক্
সীঞ্জ-লাঙ্জবিবসিংগী মহূৎপু সিন্বীবগ
লৈ পবেং খূদোল্ তশ্বীগনি
থৌবম্ মপু অথোইব মীথুংলেন্ অমদি অখন্নব লেঙ্বীবক্পদ ।

ব্রাখন্নি থৌবম্ মপুগীঃ
লৈসাবী অনী চঙ্লক্লে
মখোয সেংগাদ লৈ পুবক্লে
লৈ পায়বী লৈসাবী অমদগী
লৈ পবেং লৌবগ লৈসাবী অমন
লৈ হূক্লব তাঙ্বল্লোয় মনাক্ তল্লক্লে ।
লৈসাবী মচা অনীসি য়ৌবক্লে
লৈ হূক্খিবন হান্খিদননে
ব্রা হাযহৌদব যাদে
থৌবম্ মপু নুংসা থীবক্লেঃ
লৈ পবেং হূক্প চঙ্লল্লিবী লৈসাবী !
লেপ্খো নখোয অমুক্ত ঙাইখো !
ঐদী ঐগী চান্নবী কায়নখিবদগী
নীংব থুংদন পাখঙ্ সবী ওইন
লেঞ্জববনি ঐদী যূম্ পাল্লবোই হাযন
পুন্সি নুমীৎন মঙাল্ চায়থবক্লব নুমিদাংব্রাইবম্সিদ
লাক্লবোইদবদ যেন্নীং থাবু নীংসিংহল্লগনু
নখোয ঐঙোন্দ লৈ হূক্লগনু।

লৈ পবেং পায়বী লৈসাবী
নোম্‌হৌ নোম্‌হৌ  চঙ্‌লগ থৌবম্‌ মপুদ হায়ঃ

ঈপুবোক্‌ ঙসিগীসি মীতিংনিনে
লৈ পবেংসে কুন্দো লৈ নত্তেনে
বোযফ্রেন্দ লৈজৈ ঐখোযগীসু
হনুবদ লৈসাবীন খোযদাবসিবু কনানো
হূক্‌চবগে লৈ পবেংসে পুপুঃ
কবি  খল্লবনো থৌবম্‌ মপুদু মঙক্‌ সাংদোবক্‌ই।

# লৈই অমত্তং

ঐন লাই অম যেক্ই
নুমীৎ চযোল্ থা চহি  কযা চঙ্ই
অদুবু মতম্দমক্  হৌখি
লাই যেক্পদি লোইদে।

মতম্ অসুক্ কুইৎবসি
লাইদি যেক্ই হাযববু ঐসে
কনা কবি মান্নব যেক্প লাইনো খঙ্দে।

ঐগী লোইসিন্দ্রিব লাইদুদ
লৈই অমমম্ অসুম্ চিংবদ
মওং মতৌ অমদি নাইবক্লে
অসুম্ অসুম্ তাইবঙ্ মী মাল্লক্লে,
লৈই মসীং হেন্গৎলক্পদগী
মঙৈ নীক্লব অহল্ অম  ওন্থোবক্লে
মদুসু  ঐ  ঈসামক্  ওইবক্লে,
ঐন ঐগী যেক্লিব লাইদ যেংলগ
ঐগী রাখল্ তবঙ্দ চৎলক্লে
ঐগী থম্মোযদ অকিব ফাওবক্লে ।

ঐন যেক্প লাইদ উখোক্চবক্ই
পুন্সি হাযবসি রাবী কযান যোম্বনি
অদুবু লাই যেক্প লোইদ্রি খঙ্‌ন খঙ্‌ন
ঐগী খূদাংদি চোক্থবক্লে
তুবি থাঙ্গৎচবফাওব রাসিল্লক্লে,
মহৌসা মহৌসাগুম্ব ঐন

লাই যেক্পগুম্ন তুবিন
লৈই চিংনীংবগী অপাম্বদি  লৈবি ঐগী
অদুবু ঐদী মীৎ উইসিল্লক্লে
মমি স্যামি ঙাক্ত উসিল্লক্লে ।

# মহূৎ

লাই হবাওবগী মাইবী জগোযদ
সেল্ যাম্ন থায় ঐখোয পাবাদি ঈমা!
ঙাওবি-ঙাওবি তৌই যুসু
পাবাগী মতৌদ যাম্ন নোক্ই মীসু
হবাও-হবাও তম্জে মচান
খোয়দৌ সাউগৎতুন লৈবিবী মমাদ,
মমান লাউহৎলি
ব্রাথী তানীংদে ঈবেম্ম!
লাঙ্গনু ঐগী ঈনাক্ত
ঙাইখো ঈবেম্ম ঈমা ব্রা হংগে ঃ
নহাক্ খঙ্ব্রা নহাক্ উব্রা খুম্মু সেংন
উপুদ ফি মবক্ত থম্ব সেল্
কনান লৌথোক্খি হাযযু?
ঙাবী লৈগে যেংবদ লৈবম্দ্রে?
যাম্ন সাউনীংই ঙসিদি ঈমাসে।

মচান খুম্মীঃ
ঐদী লৌদে উবসু উদে ঈমা
অচাপোৎ লৈগে পৈসা পীযু যাদবদো
সেল্ লৈতে হাযবদো
অদুবু উহৌব অমদি লৈ
কবি তৌবনো হাযবদি খঙ্দে
উপুদগী ফি চিংথোক্পনি পাবানা
কবি কবিনো থিবনি যাম্ন ।

ব্রা ঙাঙ্গদে মমাদু
চিংনবম্বগ মান্নববদুদ
মীৎলু পিবাং পিবোইনন চৈবক্ইঃ

মসিগী নুপা সিগৈজন্সিদি
ফনেক্-ফিবোল্ খৃৎফম্ কাযবম্মী খন্বদি
যুথক্সেল্ থিবিবনিনে মাদী।

সাউনীং-সাউনীং মমাদু
চাক্ থোংব লোইবদুনা
হাউব-হাউতব মমা-মচা চাক চামিন্নবে
উইবোল্-উইবোল্ তূম্থবক্পদ মপুবোইবদু হল্লক্ই
লৈযেং লৈযাইনন মচানুপীবু কৌবগ হংলক্ই ঃ
কবি এন্সাং থোংই ঈবেন্ম ঐখোযগী ?
মমা-মচা ফমুঙ্দ তুম্মীন্ন লৈ
ফৈজূপ্ মনুঙ্দ মচানুপীন থীক্-থীক্ নোক্ই
এন্সাং হাউগদৌবি ঐখোয পাবা ঙসিদি !
তানীংদ্রব খোঞ্জেল্দুদ মমাদি ঈ-কাবী
মসিগী নুপাসি হঞ্জিল্লক্লেসে
হাযহৈদব কযা ঙাঙ্নীংলক্লেসে !
ল ব-ল-ব-ল-ল,ল-ব-ল-ব-ল-ল,
মপুক্লীং নুংঙাইবব মপুবোইবন ঈসৈবু ঙংলদুন
চাক্উপ্ থুম্মোক্ হাংদোক্লবদ উবক্ই
পৃখম্দ অম তেংকোৎত অম
চে মচেৎ অমমম্ যাওবম্ব
মসিন চাক্ মসিন এন্সাং
ইবগ অসুম্ল থল্লম্ব ।

# কবি চঙ্‌ব

ৱাবোইপোৎ হৈজীংপোৎ লোইবে
লুহোংবগী নুমীৎ লেপ্লে
উলেল্ লুহোংগদৌবে
অদুবু হায়ন-সীংনবিবী নুপীদু অতোপ্পদ চেন্‌খিবদগী
লৈকায যা-য়া লাউবে ,
উলেল্ নীংব কায়হৌবে
নুপী থিসি হায়ব যাব-কৌব লৈখিদ্রে
মদোম্ নিংদোন্ পোম্‌দুন লৈহৌবে।

নীংব কাযবব উলেল্
অযাম্ব মতম্‌দ ইবগ লেপ্লী
কবিনো অম নৎত্রগ কবিনো অম,
চে কলম্ থাদবদুদ
পঙ্‌ইদ ইদুন লৈবদুদ
নোংমাইজীং কবি হাযবগ খঙ্‌নবে ।

কনাগুম্বগী মনা ফংগ্রব সৈবেংগী লাইবিক্ পাবদ
উলেল্‌ন মপুক্লীংদ নাপল্ তৌই
ইব ঙম্মীন ঐসু মসিগুম্ব সৈবেংসিদি
মখোযবু মীন মসক্ খঙ্‌বীবদি খুথা হান্‌বদগীনি।

নোংম,
সৈবেং পাবদ সৈবেং সৈদিন্নব অমদ উলেল্‌ন,
হাযনবক্‌ইঃ
কবি সৈবেংনোনে মাগীসিবু !
কবি ফোঙ্‌দোক্লিবনোনে ৱাখল্‌সিবু !

সৈবেংনেন তৌবিবসিবু !
তানীংদদুন ভাবোক্ল খূবাক্ খূজিল্লক্ই
হুইসেল্ খোংবসু য়াওসিল্লক্ই
অদুবু মদুদ উলেল্দি চাউথোক্চৈ
অসুম্ন মপুক্লীংদ লৌসিঞ্জে
মাগী সৈবেং চৎনব যাবে
মীযাম্দগী থাগৎপ ফংলে ।

উলেল্ মযায কাবে
সৈবেং ইব লেপ্ত্রে
ইংখোল্ বন্দপ্ থন্নগ লাইবিক্ ফোঙ্ব হৌবে
লাইবিক্ ফোঙ্বদগী মসা মথন্ত খঞ্জে
কবি ওইবে হাযবগী মঙ্লান্দ তাউজৈ ।

উলেল্গী নৌন ফোঙ্ব লাইবিক্কী মবম্দ নৈনবক্ই
চেফোঙ্ কযাদ ইনবক্ইঃ
"কবি উলেল্গী লাইবিক্সি যাম্ন থাগৎনীংঙাই ওই
অদুবু পাবদ কবি হাযবিবনো হাযবসিমদি লৌব লুই",
উলেল্ নুংঙাইজৈ
মাগী সৈবেংদা মকোক ঙাওব যাওবদ ।

## বর্ত

ঈচা লাইবিক্ তম্ব  চৎপগী
অযুক্ চাক্ ঙল্লি
অঙাঙ্ তুম্মীংদ্রিঙৈ চাক্ পীজহৌনব
নুমিদাংসু চাক্ ঙল্লি
কবিগীনো চাক্ ঙন্বগী খুদোংচাব লৌবগ
চা থক্প ঈতৎ-তত্ত ন চৎলিবসি
মতা চাবোইদৌবি ঐগী নুপাসি,
নিন্‌ফুং- নিন্‌ফুং ঙাঙ্নব চুম্‌গদৌবিববা খল্লবনি
মৌ-হল্লক্পী নুংসিতোম্বী অফাওবী
হোতেল্ ফম্লগ মীৎচি তেন্ কাপ্পী তৌঙম্বী
মবী লৈনব মাল্লি ঐগী নুপাগ ।

ঐন ঐগী ঈপুবোইবগী  মপোাক্ নুমিত্ত
যাইফ-থৌজাল্ নিজদুন তাইবং মপুদ
চবা- চ'ক্‌হেন্ তম্‌জব
কবিবু কান্নবিবগে তোক্লীংলবনি,
যূম্‌দ চা লোল্লগ থক্লি
চা মনা চিনি সঙ্গোম্ থম্লি
কবিগীনো হাযব ঐগী নুপান
হূবান্-লোন্নাদ নুংসিতোম্বীগীদ চা থক্লিব ।

যেংগে ঙসিদি খঙ্গনি
কবি তৌবি হাযবদু হোতেল্‌দ,
চা থক্লিববা ব্রাথী ঙাঙ্লিববা?
পাখঙ্- লৈসাবীগুম্ নুংসি- নুংওন্দ তাউবিববা?

নুংসিতোম্বী অমসুং ঐগী নুপা
নাতৈ চাদব ফিভম্দ লৈববু উবব ।
মফম্ মতম্ চাদবদ ৱাবীবু সাবল্লব ।
লৈকায তানব লাউবগী মহূৎ
মৈবা পাযবী তাক্পগী মহূৎ
তুমীন্ন হাযগে ঐগী নুপাগী মনাকোংদ
নপোক্ নুমিংত চবা- চাক্হেন্ তম্লবোই ইবুংঙো ।।

# য়াঈফ-য়ূম্বাল্

নুপীন ফম্প্রেক্লন ফল্লদুন সেল্ মসীং থী
মসিন চেঙ্ ৱান্বগী মসিন মক্প্ যাওবগী
এঙ্গাং-নাপী লৈনব অমদি অতৈ-অতৈ
মথা-মথা থাবদুন লৈমাযদ সেল্ থম্মী
নীংগাংনন ফল্লদুন মপুবোইবন
মাগী নুপীগী মতৌবু যেংই,
হৈগ্রু মনাদ যোম্ব সেল্
সীজিন্নব কোন্নদবগী কোক্ সাবি
মমা অমসুং মপা,
অদুবু অঙাঙ্সিংদি হবাওবি
মমা-মপাগী মতুঙ্দ লেপ্লদুন লাউবিঃ
ঐখোয পাবা তলব ফংলে
ঐখোয় পাবা তলব ফংলে ।

মচানুপা অহন্ন হৌদোবক্ইঃ
সেন্দল্ তোংবসি মীবক্ তিন্বদ ঈকাই ঐ
সউল্ খোঙ্উপ্ অমদি লৈনিংই হন্দক্
মচানুপী সক্হেন্বীসু হাযবক্ইঃ
ঙক্সম্ ইহাঙ্-হাঙ্বসি নুংঙাইতে পাবা ঐ
সনাগী লীক্ অমদি সাবীযু হন্দক্,
ঐগী খোঙ্গ্রাও ঐগী ফুবীৎ ঐগী খোঙ্উপ্ ঐগী লীক্
লৈবীযু লৈবীযু লৈবীযু ঙাক্ত ঙাযব
অঙাঙ্ মযাম্গী হোই লাউব মবক্ত
মবোল্ সুদ্রিব অঙাঙ্মচাসু কপ্সিল্লক্ইঃ

মমা ঐগী মিঠাই
মিঠাই পীযু কদায '
যুম্মুবেম্মন তলব ফংবদ
ইমুঙ্ পূন্নাঙ্ লাঙ্ই ।

মপান্দন মী অমন কৌবি।
হো ' কনা কনা লৈবগে ইমুঙ্সিবু '?
পাউখুম্ অমত্ত ফংদ্রবদুদ
লাঙ্বদি অদুম্ মতাবদুদ
ইমুঙ্দ তপ্লি-তপ্লি চঙ্সিল্লক্ই মীদু
অদুণ হাযবক্ই যুম্মুবেম্মদ ঃ
"নহাক্ লৈবম্ব যাম্ন নুংঙাইবে ঈবুংঙো
ঐগী সেল্ফমদু পীনো লৌবগে হাযগে লাক্পনি",

মতৈ-মনাও মব্ধ লূক্থৈ
অঙাঙ্সিং তুম্মীন্ন লৈ ।

## অমন অম অমন অম

নুংঙাইবে ! নুংঙাইবে !
ঐখোয ইমুঙ্ অমুক্ নুংঙাইব
লৈবিগদগে কদাযদবু ?
লৈকাযসিদদি লাযবদন
হাযবীগে চাউথোক্ল সনা লৈপাক্সিদবু
ঐখোয ইমুঙ্ অমুক্ নুংঙাইব
লৈবিগদগে কদাযদবু ?

ঈনাক্ কৈবাক্ খুল্লে
মীন সেল্ নিব হেক্ লাক্ই
লাযববগীদদি হন্নফাওব যেংবীদে,
লৈকাযসিদ পোক্পনি লম্দম্সিগী মচানি
হাযনিংদব যৌন হিংনবব মতম্সিদ
ৱাবিদে ! ৱাবিদে !
ঐখোযদি লাযবৈ নংই হাযবগী নাচুংবীদে,
অহিং থোঙ্ লোন্দবগীসু
ইংখোল্ সম্বল্ খাদবগীসু
হূবান্বন মীৎচিনফাওব যেংবিদে
থোঙ্জিন্দ মিংসেল্ থেৎপগী তঙাইফদব লৈতে।

পোৎযেং-পোৎপাঙ্গী সেল্ লৈজদবগী
শ্রাদ্ধ লুহোংব কনাগী দেব কর্ম্ম চৎপ ৱাৎপদনী
ঐগী মীচঙ্-মীথোক্ লৈজদবন অর্মনি
হেঞ্জিন্ব লাইনিং-লাইসোল্
পুব-থাংব ঙম্দব খুন্নাইসিগী চৎনবোল্

যাওবিদ্রগ লোইবে ঐদী লাযববনিন
লান্‌বিদ্রগ লোইবে ঐদী চম্‌জবনিন,
লৈকায ! লৈকায ! হৌবিবক্কনু ঐঙোন্দ
অতোন্‌বনি লায়ববনি হাযদুন তৌবিবক্কনু উৎসিত্তব
নিবগ হিংব মীমক্তি নত্তে ঐখোযদি
সূবি- নোম্লি ঙম্‌জবিবমখৈ ঐখোযদি
অখঙ্‌-অহৈ সাব হো ! লৈকাযসিগী লাইবিক্‌ হৈব !
ব্ৰাবী সাবিগনু ঐখোযগী ইমুঙ্‌গী মবম্‌দ
হোতেল্‌দ ফম্বদ খবব পাবদ চা থক্‌পদ
বিবী মতেক্‌ অমগী মৈখূ কাম্বদ,
নুংঙাইবে ! নুংঙাইবে !
ঐখোয ইমুঙ্‌ অমুক্‌ নুংঙাইববু
লৈবিগদগে কদাযদবু ?

ঐখোয় ইমুঙ্‌গী নুংঙাইবগী মবম্‌দ
লৈকায তানব লাউবিঙে ঐন
কবিগীনো মমা নঙ্‌ন মবক্‌ অমুক্‌ থৎচিল্লক্লিবদি!
নঙ্‌ন থম্ব সেল্‌ লৌদে ঐদী !
নচানুপা লাক্লে হংউ তূ!
কবি তৌববনোনে চৎপদ হাইবেনে
কবিনো অমসু সাযব-সাযবগ লাক্লিনে
যাম্ন হাউব মান্ন মখূৎসু লেক্লিনে,
মমা নঙ্‌বু ঙাওবববা কবিগীনো লাউবিবদুবু ?
ঐখোয ইমুঙ্‌সে ব্রায়এ ! ঐখোয় ইমুঙ্‌সে ব্রায়এ !

## লোন্ন

ঐগী মকুপ্ন হাযজেঃ
মাদি 'ঐ' মসক্ খঙ্লবনি
'লোযনব' কবিনো তাক্প ঙম্লবনি
নুপী পূম্নমক্ ঈমাগুম্ন খল্লবনি,

অদুবু অযেক্প লাই অমদি পায মতম্ খুদীং
লম্জীং মৈবানি হায মাগীদি মদুন
মযেক্ সেংদন যেক্প ওইন তৌবদুদ
লাইদু মসক্ খঙ্দে ঐদী।

ৱাবী সাবদ ঐন পল্লিঃ
গৌতম্ বুদ্ধ নিমাই হজবত মোহমদ
মখোয লোইন মযূম্ পান্খিব ঙাক্তেনি
ৱাফম্সিদ কবি লৈবগে ?
তুম্মীন্ন লৈ ঐবু যেংদুন ঐগী মকপু।

লৈকায মচা ঈমান্নবনিন খঙ্ই ঐদী
মাগী মবম্দ খৰদি
ঐগী মকুপ্কি চান্নজবী অম লৈবম্বদু
নুপা অমন মহাক্তুবু
ফাবনি হায চিংবনি হায নম্দুন লৌবীখি
মহাক্ কাযন-মৈচাক্তগী
ঐগী মকুপ্ নীংব যাম্ন কাযখি,
মতম্দুদগী হৌখ্রে হাযন খল্লি ঐগী মকপু
অপাম্-নুংসি ৱাখন্দ থৌওইখিদব ।

নোংম ঐন ঐগী মকপ্ত ৱাফম্ অম হৌদোক্ইঃ
থোক্চোম্গী থম্বালদু হল্লক্লে
মাগী মপুবোইবদু লৈখিদ্রমাল্লে
থম্বাল্ন মকপ্পু নীংসিংলম্লি
কাউব ঙম্দন লৈবম্লি
মান নঙ্বু হংলক্ই।
মবাযবক্ থীববী থম্বাল্নি
মাবু লৌসিন্বীববদি কবি কাযগনি।

যাম্ল তপ্ল খুল্লক্ই ঐগী মক্পল্ল ঃ
উনসিবা অমুক্তং ?

মপুক্লীংদ কবি ফাওবক্লবনো
মমায লৈথোক্লগ উপাল্-ৱাপাল্ যেংসিন্নবগ
ঐগী মকপ্ অক্ষযকুমাবন পি তৈথোক্খিবদু
উহৌই ঐন হাইফেত্তং।

# মথি ফোংলক্প

অহাঙ্ব লীক্লিদ য়েংন -য়েংন
মপুবোইবন হংলক্ই ঃ
হিদাক্সি থক্পদগী অনাব ফবক্পনি
কবম্ থোক্লগবনো খঙ্লুদ্রবনি ,
য়াম্ন তোয়ন হাযখি নঙ্ন ঐঙোন্দ
অদুবু মসিদি য়ু লীক্লিদ হাপ্লক্ইনে
মনম্লুদি নম্দে হাযববু
চেসু নপ্তে মামিংসু থাদে কবি হিদাক্লো ?
কনান তাক্লক্পনো ?
কদাযদগী পুবক্পনো ?
মমল্ কয়া পীবনো হাযযু হাযবা অমুক্ত ?

মমায হূৎ-হূৎ লৈথোক্ই নুপীদু
মপুবোইবদ যেংব ঙম্জদে মায়থোঙ্দু
অদুবু খুম্দবদি যাদবনিন খুম্মীঃ
য়াম্ন কন্ন হক্চাং ঙম্দদুন লৈব মতম্দুদ নঙ্ন
হায়ফম্-তম্ফম্ খঙ্খিদে য়াম্ন ৱাখি
অসুম্ন খন্বফাওব যাওখিঃ
ফত্ত-নুংদ থোক্লো কবিগুম্ব
লোইবেদো ঐদী
লুখ্রাবী হাযবদো ওইবেদো
লৈকাযনসু পাউথোক্পীবগনি
হনুবগী মবল্ মিহৌবীনি
য়াই থাব হৈবীনি,
ৱাখল্ নুংঙাইতদুন কপ্চব কয়া যাওখি।

যেংবতদি যেংলগে খন্দুন
মাইব অমন সেম্বীবক্প হিদাক্ অম থাখি
মদুদগী নঙ্গী অনাব ফগৎলক্খি ।

মপুবোইবদু সাউগৎলক্কইঃ
ঐন হংলিবদি মদুনি হায়বা !
অদো কবি হিদাক্লো হাযবা !
হিদাক্তু কান্নবিবনিন মখা সম্থখিসি
নঙ্সু থক্প য়াববদি থক্হন্নীংই।
নসাদু ফহন্নীংই।

নুপীদু মপুক্লীং ফাথজবকই
কেথবপ্ তৌন নৌথবক্কইঃ
অদুদি সাউবদি সাউবীবক্কনুকো ঐঙোন্দ
হাযদোক্চবগে ঙসিদিকো নঙোন্দ
অদুবুবো হিদাক্তু যেন্ন সেম্ব এক্সাং মহীনি
হো ! সুপ্ কৌই হায়যে সুপ্ !

চৎখিগে তৌবদ মপুবোইবন খুদাং ফায়
অদুগ মাগী নুপীদ হায়বক্কইঃ
ওইগে হায়ব অম ওইজবসনু
কবিবু তৌই হায়বগে মদুবু ,
ঐগী অনাব ফহন্বগী মনা অমদি লৈবে
ঐদী হোবেল্ পীবগে খল্লে।

# ফাইরেল্ থাগী অঙাওব লৈচিল্

ফাইবেল্ থাগী অঙাওব লৈচিন্ন
নোংমদোন্দ ওইনিং-ওইনিংব সক্লোন্বু লৌদুন
সামু মাল্হল্লি সগোল্ মাল্হল্লি মী মাল্হল্লি
কবিগুম্বদ হিংচা-য়াইতম্ব ওইন অকিব পোক্হল্লি
অদুবু ফাইবেল্ থা লাক্লে তাবদ
লম্দা থা লোযনবম্গনি খন্দুন
পুম্বুম্ সাৎপী পোম্সাৎনবী লৈবাং কযান
মমীৎ তক-তকন পাঙ্লদুন
অঙাওব লৈচিল্গী মতৌবু যেংজৈ,
খুইকুবব পাম্বী মচা-মচাসিংন যেন্নিংবু হুন্দুন
ব্লাক্চিংগী উন্খাবু কাউথোক্চৈ।
অদুবু কবিগীনো
তাযোন্নবগুম্ন থোক্লে ঐঙোন্দদি তাইবংপান্বসে '
নিংথম্ থা লোইবক্প কুম্ খুদীং
মালংন লিবি-লিবি হুন্নক্প মতম্
লৌবুক্ত লম্হাংদ লম্পাক্ত তেলঙ্গা পাইব অঙাঙ্সিং
মখোয অমত্ত উদবসিদ।

ব্লাক্চিংগী নোং মচু কবম্ তৌখি
নোংমৈ কান্নুক্কী মৈখৃগ তিন্সিন্নখ্রববা ?
কুম্দম্বগী নোং খোংবদ মাযকৈ খঙ্হৌদে
কৌবুনবা ? কৌনুনবা ? লোযালাক্পনবা ?
সা-লাল্গী পৃংখোল্গ নোং খোংবগ পৃন্সিন্নখ্রববা ?
নুমীৎ থা থব্লাম্মিচাক্
মখোয লোইন মমি সান্ন উই

নৈচিল্ নোংফাইন কৃপ্‌সিন্‌খ্রববা ?
নোংঙান্দব অহিং ওইগদৌবিববা
মাযকৈ লাক্‌সিন্‌ব ঙম্‌দ্রিবসিনা ?

কদাযদগীনো খোঞ্জেল্ অম তাবে
মমান মচা কৌবদ তনিক্-তনিক্লে ?
কবিগীনো মীৎসিন মসেন্-মবাংন উবিব
মৈবা পাযবীগী মৈবা পবেংগী মৈঙাল্‌দ ?
ফাইবেন্ন ঐবুসু ঙাওহন্‌বীববা
ঈসান-ঈসাবু মাদুন থিহল্লিবসিনা?
তাইবংপান্‌বসে মহৌসাগ মান্নদ্রববা
অৱাবদ অৱাব হাপ্লববা ?

লাপ্ন যেংবদ ফজবল্লবসু মালেম্ লৈকোযপুঙ্‌সে
লেঙ্‌লি-পাল্লিবসিংসে মথৱায হাম্‌চৎনববা
থাবাক্-থাবাক যাম্ভবগুম্ল উবে আতিযাদ ।

ফাইবেল্ থাগী অঙাওব নৈচিল্‌সু পাইবক্‌ই
ঐগী পুক্নীংগী খোযবাঙ্‌বসু হেল্লক্‌ই
বাহং চাম্ম-চাম্মগী ঈথক্-ঈপোল্লক্ত
পাউখুম্ অমগী কনাবুনো থিবিব ঐন ।

# ওইহন্নিংলক্প

ঈমাগী মীৎত অপীক্প অঙাঙ্গুম্ন উববসু
চাউব সবেপ্ ফাবে ঙসিদি নহাক্সে
অদুবু ঙবাংত ওইবগুম্ন খল্লীদা
তম্পাক্ত পল্লগ ঈমান খোল্লাং ইন্বীবদো।

ঈমা যাম্ন ব্লাবক্খি
চাব মচেৎ তুম্ব মচেৎ
পুম্সিসে মচেৎ মচেৎন তাসিল্লক্খি,
ব্লাখল্ কয়া খন্খি
কবম্ন ঈচা যোক্সিগে
কবম্ন ঈচা মী ওইহন্সিগে।

য়েল্লাং-কেংঙোই যোন্দুন
ঈঞ্জিং-লোংখোন্ তৌদুন
ঈচা নমদ পোদুন
তবেৎ-সেঞ্জা তান্বদ
ইকায়ব হঙ্গোইব তুংওইন থম্খি
অসুম্ন ঐখোয় হিংলক্খি।

ঈমা ঙসিদি পেল্লে
মমাগী মতেঙ্ মচান পাংলে
মচা পোক্চমল্ মহৈ য়াল্লে
নুংঙাইব হায়বদু মসিনি হায়ব য়াবে
অদুবু ঈমাগী ইবুংঙো নুংসিব৷
ঈমা ব্রা হায়গেঃ
মহৌসা লাইবেম্বীগী সক্লোন্নি

নুপী ওইবীন লৌবিব মমাগী সাইয়োন্সি
নুপীবু ইকায় খুল্লব ৱাৎলব লম্দম্সিদ
নোংমৈ পায়ব নঙ্গী ওফিসাবগী ফিজোল্
ঈমা য়েংব ঙম্দবে
নোংমৈ পায়ব নঙ্গী প্রমোসন্গী বিলাই
ঈমা য়েংব ঙম্দবে
ঈমা তু চুংই,
ঈচানি খঙ্নব-খঙ্নব ঈবুংঙো নঙ্সে
নৈহৎপীবব খুন্নাইদ নঙ্দি নৈহৎপ য়াওহন্নীংদে
ঈমাগী ঈবুংঙো নহাক্পু !
অঙাঙ্ নৌৱা ওইন উহল্লু !
ঈমা মীৎ পাঙ্থোক্কে ।

# অমরোম্দন

মচান কৈবাক্ত কাবগ
মৃময়াঙ্দা লেপ্পগ লাউইঃ
ঐখোয় ইমুঙ্ ঙা চাদে
স্যাগৈগী মী- সি হায়বা খঙ্ই
ঐখোয়গী ইমুঙ্ ঙায়োন্বীগী ইমুঙ্নি
ঙা য়োল্লগ হিংজবিবনি
ঙা লৌবগী মনম্ন লৈকায় পল্লান্বদ
খঙ্নবিবনি ঙায়োন্বীগী ইমুঙ্নি হায়ব।

মমা ওইবী পাখংলি
মচাবু থেম্জিল্লিঃ

মাঙ্লে মাঙ্লে ঈমাগী ঈবুংঙো
কবিনো নঙ্ন তৌবিবদুবু ?
ঙাইখো কৃম্থবক্উ লাউ
ঈমা ৱা হাযগে তাও।

মমান ঙাঙ্ব তাসিন্নদন
মচাগী খোঞ্জেল্ হৌব হেন্গৎলক্ইঃ
নুংসিববী ঈমা হৈ ! ঙায়োন্বী!
ঙাইখো পলেম্ হে ! পাখৎচাউবী!
কবিগী ৱাবনো পায়ম অদুক্ ?
কৃম্মৈ অম লৈবে হেন্ন নুংঙাইগদৌব অম
ৱাথোক্ ওইবিব ঐখোয় ইমুঙ্দগী হেন্ব,
হো ! মী লৈখিদ্রবগী ইমুঙ্ !
কনা কনা লৈবগে থোবক্উ য়েংলো!

যুম্নাম্ য়াইম য়ু ঙাওবে
কোম্থোঙ্দ তুদুনবু লৈবে
অওব মনম্ন ঐখোয় নিংসা হোনব ঙম্দ্রে,
তীল্হৌ-চনম্ মবোই-মপাঙ্না হাবেসে ।

যুম্নাক্-সাগৈ পূল্লিবনি
চফূ কায়নবিবনি
ঙা মনম্দি খববু লায়বি
সা চাবগীদি কবম তৌব তাবি !
মী লৈতব যাওবগী সাগৈদি যূম্ মাংলি !

# মপোক অমদ

সো চবুল্সি খীংবদা ফন যাম্নবু নুংঙাই
তাল্বু থাবগ ঈসৈবু সক্লীংই
সো অম অনীখক্ পাযবিঙৈদদি
মখোল্ খজিক্তমক্ থোক্লম্মী।

থবক্ তৌব কুইবগ প্রমোসন্ কায হায মীগীদি
সো মসীং হেন্গৎলক্পসিন সক্চিন্নববা ঐগীদি
মষ্টব বোল্দ বিতাযাব তৌবগদবা ?
সিবন হান্ব তাববা ?
ঙম্দে ৱাখল্ খল্লবোই হাযব ।

ঐখোযগী সাহেবনদি হায- বিগুলব তাহন্বীবগনি
দিপার্টমেন্তগী মকোক্সু ওইগদৌবে হায খাঙ্ব কন্গদবনি,
ওফিস মতম্দন চপ্রাসি ওইহল্লি ঐবু
চুরুট লৈহন্বা ক্বা লৈহন্ব চা লৌহন্বত নত্তে
ঐবু পাউখোল্ যাম্ন চৎহল্লি থৌদাবসু তোয
থবক্ যাম্ন চিল্লি ঐদী
মেম্ সাহেবকী শাবী ফি লৈবদ মচু খন্বগীসু পুবী।

অযুক্তন ওফিস সো হাংব নুমিদাংদন সো লোন্ব
ওফিস মতম্দন সাহেবকী মনাক্তা লৈব
ঐবু চৌকিদাববা ঐবু চপ্রাসিবা
সাহেবনদি যাম্ন চান্বী
মবক্ মবক্ত খবচা ওইনব সেল্সু পী
অদুবু যাম্নদি ৱায়।
সাহেবন ঙা লৈবক্লগ কবিগুম্বদ

চাক্ চাবসু যাওই ঐগীদ
মযূম্দ হন্দন লেক্পসু কোঙ্গাযনি,
ওফিসত সাহেব হাযজ্রবতনি
ঈচিন্- ঈনাওগুম্ লোযনবিবনি
অদুবু কবিগীনো হাযবা মাবু
অসুক যাম্ন লুন তিন্নবগ ঐবু
বিগুলব তাহন্বীদ্রিবসি হৌজিক্ ফাওবদসু
খঙ্বীদ্রববা খঙ্দে ঐখোযগী সাহেবসিসু
হৈগ্রু মনাদ য়োম্ব মষ্টব বোল্গী তলব পীক্ই হাযবসিসু।

নুমীৎ নীনি হুম্নিদি সুবন্নগনি
ঐসে হক্চাং ঙম্দদুন ওফিস কাদবসি
চপ্রাসি অম ট্রান্সফব তৌবক্পদগীনি খঙ্দে
সাহেবন ঐবু থোইদোক্ল হংদে
অদুবু ওফিস থোঙ্ হাংব ওফিস থোঙ্ খিংদবদি যাদবনিন
ঐন ঐগী নুপীবু চৌকিদাব ওইহল্লি
ঐগী থবক্ মহূৎ সিল্হল্লি।

মষ্টব বোল্দগী বিগুলব তাববদি
তলবসু খবদি চাউখৎলগনি
ব্রাখল্ নুংঙাইন খল্লিগৈ
ঐগী নুপীদু পাখৎন চেল্লক্ই
অদুগ কপ্ল কপ্ল মপুক্লীং নুংসিন ঐঙোন্দ তল্লক্ইঃ
ওফিস থোঙ্ সো লোন্ব চৎপদ ঐন
সাহেবন হাযবদগী চা লৌকই
চা থক্খিসি খাম্বদগী ঐসু চা থক্ল কই
চা থক্ল থক্ল ফন্নম্বদগী অসুম্

ঐগী ঈনাক্ নক্সিল্লক্ই
অদুগ  ঐগী খূৎ পায়সিল্লগ হায়বক্ই
ৱাবী লীবিগে তাও।

মঙ্গব বোল্দগী বিগুলব তাবগী ঐগী মঙ্লান্ কায়
ঐন ঐগী নুপীদ হায়ঃ
ঐ চপ্রাসিসে পাম্জদ্রে চৌকিদাবসু ওইজনীংদ্রে
ঐবু থবক্ তোক্লসিবা !
ঐখোযগী খুঙ্গংদা অমুক্ হন্বনবু ফবদবা !
কপ্খিনু নঙবু তুম্মীন্ন লৈয়ু খন্নখিসি।

# খোয়রাঙ্ বদগী

কবিগীনো খবববু অসুক্ যাম্ন লৌবীবিবসিবু
ঙশীবিববা লোইন পাববু
সেল্ তিংনব কবি কান্নদবদ,
নুপীন ঙাঙ্ঙি মপুবোইবদ
মাঙ্গোল্ ব্রাই তৈন- তৈন
অদুবু মপুবোইবদি খববগী চেনা হাইদোক্তুন
খুদোশ্বীন মাবগ কবি কবিনো থি
যাওদেনে যাওদেনে হাযনসু সোল্লি।

খবব য়েংলিব মপুবোইবগী মনাক্ত চঙ্সিল্লি
ঙেক্ ফম্থবগ মাগী নুপীন হংই঄
মখোয পাবুঙ্বু খবব পাবীবিববা ?
কবিগীনো সূক্থদুন কবি কবিনো সোল্লিবদুনা ?
মপুবোইবদু মোমোন্ নোক্লক্ই
লূক্থবম্বদগী মমায হাইগৎলক্ই঄
হাই ! মমা ! খঙ্দ্রববা নহাক্পু
ভোট লেপ্কদৌবি হাযবসি ঐহাক্সূ ?
ঐন খবব যাম্ন লৌবিবসি
সেল্ তিংই খঙ্লিবনি
অদুবু কান্নব অমদি লৈবিবনি
খববদ বাজনীতিগী কাঙ্লোন্ তম্লিবনি
ঐন ঐগী কেন্দ্রগী ট-প্উ লৌবিবনি
অসি-অনা কনা কনা যাওবিবা !
লুহোং-খোঙ্দোংগদব কদায কদাযদ লৈবিবা !

থৌদোক্-ৱাথোক্  চীশুব যাদ্রবনি
ঐগী ঈসক্ ঐগী কেন্দ্রগী মীদ উহন্গদবনি
ঐসে উই ঐসে লাক্ই খঙ্হন্গদবনি
ভোট কাদব যাদ্রবনি।

মতৈ-মনাও ৱাবী সাবিঙৈ
মখাবোম্গী তোম্বীন কৌবক্ইঃ
হো ! ঈবেম্হল্ ! নঙ্সু হোসপিতাল্দ অমুক্ত চৎলুসি
ঐগী ঈমৌ নুপীদু থা সুবমাল্লে দাক্তবদ পুখৎপা তাবি।

রাজনীতিৱালাদু ঙাওখৎলক্ইঃ
হো ! ঈতৈম ! ঐ ওইন হেক্ত লাক্চবগে ।

নুপীন  মচীল্ থীবক্ইঃ
হো ! ঈবুংঙো ! নঙ্বু চাবোক্পীগী দাক্তববো !

# পন্খৈ

যুম্‌সিদ হেক্ পোক্‌পগ
কনানো অমন ঐগী পুক্লীংদ
মোংফম্‌সু লৈবে হায়বক্‌পগুম্ন তৌই
ঐগী হযেং ওইকনবগী।

হৌজিক্ ফাওবদি লাপ্নবি হায়ব খঙ্‌ই
নক্ল-নক্ল মোংফম্‌গ ঐগ,
ঐগী পুন্সি লম্বী খোঙ্‌চত
মীৎচিন যেংলগ তৌন্দ্ন চৎপদ
ঐগী ইতৌ উবম্‌গদবা হায়বদি খঙ্‌দে মান।

নুমীৎ থা চহি অসুম্ন অসুম্ হৌখি
পূম্নমক্ ঙবাংত ওইবগুম্ন খল্লী
যাম্ন তেল্লম্মী মতম্‌সি,
হক্‌চাংগী পাঙ্গল্ন মযেং তাবক্‌পদ
হিংদবদি যাদবনিন হিংবদ
পুন্সিসি যাম্ন ৱায
সিবসি কদায হিংখিসি কদায
কনাদনো খঙ্‌দন হায়নিংলক্‌ই
লৌসিন্‌বীবো ঐবু।

মীন হায়নববসু ঐনদি থৌওইন্দদে
সিবগ অদুদ চৎকনি আদাদ চৎকনি
মাগী মাগী মহৈ ফংগনি,

ঐন ঐ হাযজবগী তাংকক্ল লোইসিল্লক্লিবসি
মসিবু নত্তববনে হাযনবদু পুন্সি ?

কবিগীনো খঙ্দে হৌজিক্তি।

নুংসিব খোঞ্জেল্ অমত্তসু তাজনীংদবে নাকোংসিন
পাম্জন কবি অমত্তসু য়েংজনীংদবে মীৎসিন
নুংঙাইনা তুম্লীংব ফাওবক্লে।
মীকপ্ থোক্তনব হৌদোক্হন্নীংদবে।

# থৌদাবদি নত্তব

ঈনেম্বোক্সু লৈতে ঈকুবোক্সু চখোক্খি
ইমুঙ্দ কনা অমত্ত লৈতে
ব্রা অম হাযজনীংই নঙোন্দ
থৌদাবদি নৎচদে ।

নঙ্ন হাযবীখি নহান্ব্রাই
নঙ্সু ঐসু পাখঙ্-লৈসাবী ওইবিঙৈ,
ঐগী সন্নাংদ নঙ্ন ঙাওই
ঐগীদমক্ অঙাঙ্ব গুলাব লৈবাং পুবীবক্ই
সম্জীবৈ ওইন অমুক্
নাচোম্লৈ ওইন অমুক্,
নখূৎ অনিন ঐগী চূবাদ পাযবগ
নঙ্ন পাম্ব ফিভম্দ লৈহন্দুন ঐবু
কবম্বন হেন্ন ফজবগে যেংদুন
খোঙ্ফম্ খব হন্দোক্লগ লৈবদো নঙ্ন
কবম্ন কাউবসিগে ঐদী
হৌখ্রবদো হৌজিক্ত ওইবগুম্ন খল্লী।

নীংশিংলক্ই অমসু,
ঐগী সন্নাংদ যেংলগ নঙ্ন
ঈঙাগী নোংহৌ মীত্ত উবে হাযবীখি
মাযথোঙ্সিন নঙ্ন থাজগ পাংখক্লখি,
নঙ্গী ঐগী তাইবংদ
ঈকাযদুন উইসিন্ব মীৎস্লা অনি পাঙ্থোক্হন্দুন
নোক্মিব চীল্বান্দ অসাব নুংসীৎ কাম্সিল্লক্খি

লৈথোক্তুন লৈব মাযথোঙ্দ নক্সিন্দুন
নঙ্গী খূৎসান ঐগী সন্নাংদ কযাবক্ তক্লক্খি
মদুদগী সন্নাংগী মচু সিথবক্খি
ঐসে নঙ্গী ওইদুনত লাক্লি।

হৌজিক্সু,
ঐগী সন্নাংসে মুহন্নিংই
ঈঙাগী নোংহৌগুম্ উহন্নিংই।

ঈনেম্বোক্সু লৈতে ঈকুবোক্সু চখোক্খি
ইমুঙ্দ কনা অমত্ত লৈতে
রা অম হার্যনিংই নঙোন্দ
থৌদার্বদি নৎচদে,
ঐগী সম্ মচু অমুক্তং সঙ্বীযু
অদুগৈগী গুলাব অদুগুম্ব অমসু পীহন্নীংই।

# কিবদ

ঈমানদি তাক্পী নচাদ
সনা লৈপাক্ মণিপুবসি
থাজৎ তকক্ল থৌগন্বীনি,
চীংবু য়েংই নুংসিবীনি
তম্পু য়েংই নুংঙন্বীনি,
অদুবু কবিগীনো ঈমা !
নোংমৈ কাপ্প ত্যবিবসিবু ?
মীসি-মীনা তোযন থোক্লবসিবু ?
নুপীগী ৱাথোক্ল নোংম কাংদ্রিবসিবু ?

ঈমান যাম্ন থাগৎপী লম্নুংসিনিবু হায়বদুন
পীতক্ল মঙাল্ চাউবীনিবু সৈথাবদুন
অদুবু কবিগীনো ঈমা !
লান্মী লৈতব মফম্ অমত্তবু লৈতেনে
খুন্নাইসি সেন্নদুন থম্বগুম্ন উইনে
মসিদসু নত্তেনে ঈমা !
মীচম্দ নোংমৈ মতোন্ ওন্সিল্লগ চৎলি
কনাসু থাজব থম্দবগুম্ন তৌবি
পুন্নমক্পু যেক্লবগুম্ন লৌবি
মাগী সক্রোন্ লৌবিবী নুপীবুসু
মীৎযেং কাবল্ চন্ন হন্থন যেংলিবসিবু
কবিগীনো ঈমা মসিবু ?
তাইবঙ্ মীওইবনিন ঈমা !
কাউথোক্ইদো ঈসামক্পুসু অঙান্বদদি
নুপীজাগী মপোক্নি হাযবসিমদি।

তাংলৌ নৈন থেঙ্লগ
অহিংন ঈচীক্ হল্লগ
থম্মোইসে অসুম্ পীক্সিল্লক্ই
থবায়সে লংহিমুক্ত চাউসিল্লক্ই
অকন্বন অচুম্ব সক্প মতম্লি খল্লুবদ।

কবিগুম্ব থেংনব থোক্লব তাইবং মপুগ
বাকৎ অমদি থাঙ্গৎকনি ঐন মঙোন্দ
ঐবু নুপী ওইন পোক্হন্বগী মবম্
চক্ কযা পাঙ্গল্ সোন্বী ওইহন্নীংবগী মবম্।

ঙসিদি ঈমা তুম্নীংব ফাওদ্রে ঐদী
উইসিল্লু হাযব যাদ্রে ঐগী মীৎসি
নোংঙান্গদব বাৎলিববা ?
হৌজিক্পু কযা থেংলবগে ঈমা !
লশ্বীদ গাডী থৌবগী মখোল্ তায
যেনখাদ মী চৎপগী সহুম্ তায
তিংখংদ হীপ্পগ মান্নবে ফমুংসে
কোক্ক মোন্গ তাইনৌ যাদ্রে।

অহিং মিংসেল্ খাঙ্ন খাঙ্ন
ঈমাগী তম্পাক্ত ফম্ন ফম্ন
মীতৈ নুপীগী বাবী তাজবগে
মদুন ঐগী থৌনা ওইজবগে।

# অরোইবদ

পুন্সিসে নুংসিব অসুম্ হেন্‌গৎলক্লে
ৱাখল্‌সে খল্লুবগ নুংঙাইক্লন কপ্পীংলক্লে
হৈনা হাযন ঈমান চৎপ তম্বীবদগী হৌবে
ঐগী খোঙ্‌চৎকী খোঙ্ থাংব,
যাম্ন লাপ্ন চৎলক্লে
খোঙ্‌থাং মসীং খঙ্‌লক্লে
তুং-মাঙ্ যেংবদ যাম্ন শেন্নবে ।

নোং অমুক্ ঙাল্লি
নুমীৎ অমুক্ তাই
কুম্‌জা কুম্‌ওন্ নাই,
মবক- মবক্ত পোথাবদ ঐহাক্
সিব তম্ব ওইন তুম্‌থক্‌ই ঙাইহাক্
অদুবু মীকপ্ থোবক্‌পদ অমুক্ হৌগৎলি,
চৎপমখৈ চৎলুবগ অবোইবদ
ঐগী পন্থুংফম্ মোংফম্‌দ হেক্ত ওইবক্‌ই
ঐন নাযকৈ থৈদোন্নব লোংনবদ অবেম্ন ওইবক্‌ই ।

ঐগী পুন্সি খোঙ্‌চৎসিদ নীংসিংবসু কযানি
কাউব ঙম্‌দে অদুঙৈগী ৱাবী
নুংসি- নুংওন্‌গী মাগী ঐগী
নৌদুনত লৈবিব খম্মোইনুংগী,
হৈপাল-লৈপাল্‌বু যেংদুন
চীং-মান্ তূ-খোংদবু চৎতুন
নুংসিব কবিনো থিমিন্নখি

থাবল্ ঈপোম্দ লৈকোল কযাদ
মালং ঈচীব্ থেম্বদ
মপোক্-লাংওন্ খুদীংদ
পুক্সি-লৈপুল্ ওইমিন্নসি ব্রাসক্লখি,
যেন্নীং থান লাকপদ
হৌখ্রব কযা নীংসিংবদ
পি সীন্থগনু যাবক্তবে।

অদুবু ঙসিদি চহিন অসুম্ অসুম্ লৈসিল্লক্পদ
ঐগী খোঙ্থাংসু অসুম্ অসুম্ তপ্থবক্লে
ঙাইদুন লৈব্বিব কনানো অমন
খূৎ পাযবগ থাম্বগুম্ল তৌবক্লে
অদুগ হাযবক্পগুম্নসু তাবক্লে ঃ
খোঙ্চৎ লোইবে
পন্থুংফম্ যৌবে।

খঙ্জবে ঐসে হৌর্জিক্তি,
পোক্পদগীন সিবফাওবগী খোঙ্চৎকী
ওইবদ্লে পুন্সিগী পন্থুংফম্দি মোংফম্দ।

# থৌনা অমদ

এঙ্গাং হাউতবগীসু মফৃবা
চাক্ থোংদবগীসু মচৈবা
চাগনি থক্কনিদ মখঙ্বা
নুংঙাইবত পাম্ব ঈবুংঙো
ইমুঙ্গী লৈতবগীদি উবীদব
কবম্ব নুপানো নঙ্বু
নুমীৎ খুদীং যুদ থক্পসিন !
ফৃ ফৃ যুথক্সেল্ পীদবগা ফ
থীযু থীযু চীল্ পেন্নব থীযু ।
মচা খোম্লাং মাযোক্লবিবী নুপীদু
মপুবোইবদ খুৎ হল্লসিববু যৌববীদু
অঙাঙ্ সেগাদ যেপ্লগ তুমীন্ন হৌগৎখি
লাইবিক্ অম পাযবদুন থোনকই ইমুঙ্দগী
নুপীদুগী মতৌদ মপুবোইবদু ঙক্ইঃ
হো ! লো তম্বী ঈবেম্ম !
কৈদৌগে হাযবিবনো লাইবিক্তুন অমুক্
সাদৌবিববা ঐঙোন্দ নুঙ্ খূল্লিবদুন অমুক্,
চেঙ্ লৈব-লৈতব খঙদে ঐ
এঙ্গাং কবি থোংব-থোংদব খঙ্দে ঐ
কদায সেল্ পীবক্উ।

সাউবন মমীৎত ঈ কাববী নুপীদনু খুন্নক্ইঃ

নুঙ্ অসিন কাংসি খোঞ্জেল্ থোক্হন্গদৌবিবনি
নুপীগী খোল্লাউ তাহন্গদৌবিবনি
লাইবিক্ অসিন আইন্গী ৱাবোল্ হাইদোক্কদৌবিবনি
মবম্ চাদন ওৎপ-নৈব যাদে খঙ্হন্গদৌবিবনি
নুপীসু সীংনব ঙম্লিবনি ।

মথম্মোই সোক্ল ৱাবৌববী নুপীদ
যেংই মপুবোইবন মীৎফম্ হোংদন
মীৎলু অনিদগী সীন্থবক্প পিন
কবি মবোল লোল্লিবনো হাযন।

# লৈ য়োন্বীগীসু

লৈসে সীৎলবোইদবা খন্বদ যাম্ন ৱাকই
কনা অমত্তন মীৎচিনফাওব যেংবীদ্রে খল্লুই
ঐসে ৱাখল্ থোক্উদ্রবনি।

নুমীৎ চূপ্প অম লৈ যোন্দুন ফম্বদ
নুজাগী নাপ্পদ চিন্নবব
মথঙ্লেন্ কনান লৈ লৈবদে
মাঞ্জ মকাদ খূদোল্ তম্নবব
মসাবী কনান লৈ হংলদে,
নিঙোল্ কাগী লৈতেং লৈসু
মহুৎ সিল্লববা চেবৈনবু
মমল্ লৈত্রববা লৈবু
মওল্- মওল্ খল্লুই।

হৌজিক্তি,
মালেম্গী মফম্ অযাম্বদ অইঙ্ব লৈত্রে
ঈবাংগী- ঈবাং ঙাক্ত ঙাযবে
মতম্ ফত্তবসিদ
সিব- নাব মফম্- মবাঙ্ খঙ্দন থোক্লে।

য'ম্ন তোযবে,
অসিবগী কূদ কূপ্প ফিদ
লৈ চাইননব লৈ লৈববে
মীফা মীপুন্ তৌবীখ্রব
নৎত্রগ মাঙ্খ্রব কনা অমগীসু
মসা হিংন ফংলবোই থাজবদগী
লৈ লাঙ্সিনব যাওববে।

কনান,

অল্লাবগী সক্লোন্ পুদুন
কায়নখ্রব অমগীদমক্ লৈ লৈবব লাক্পদ
মখূৎ হাঙুন হন্খিবদু নুংঙাইতে,
কুম্বী- কালেন্ নোংজুথা নিংথম্থা
মতম্- মতম্গী সাৎপ লৈগী
ঐন লৈকোল্ সেম্মী
ঐগীদি লৈ মখল্ য়াম্দব যাদে।

নোংম,
কনান খঙ্গনি
লম্দম্সিদ পোক্প মচানিন
খঙ্হৌদব মীৎকুপ্ অমদ
মফম্- মতম্ চাদন সিবসু
অদুন লৈ য়োন্বী ঐহাক্সু
লৈ খূবাম্ অমদি খাক্তুন থল্লিবনি।

# ৱায়েন্ব

উলেল্‌নিনে ! উলেল্‌নিনে !
মৌ-নহা অমন মখজাইদ খুৎপাক্ল থাবিবসে,
কবি তৌরুববনো মান।

কৈথেল্‌নিন যা হেক্ত লাউই
অহল্ অমন মৌ-নহা অমদ কাবল্ তারুবে।

অখঙ্ব অমনদি হাযজৈঃ
মোং হাদব অহন্নি
নোংম কাংদন ৱাকিং চৎচবনি
অহল্ অসুক্ ওইবব অসিনবু---
থাজদবসু যাওই
অদুবু চঙ্‌সিল্লগ ঙাঙ্‌র্নবিবর্সিং তায।

মৌ-নহাদুগী মসম্ গোল্ডল্ হেঅব হাযবদুনি
সম্‌জীবৈদি চেন সাবনি
মমাযদ তৈবিব
পিসুম্‌দ যেক্লিব
মচীল্‌বান্দ সঙ্‌লিব
মচু-মমেন্ন তথক্লবী ফিজেৎ
নুপীদুগী মতৌদুদগী হাযনগনি
নোংঙান্‌বন হান্‌বদগী নুপা ওইব নংহৌদবীনি।

মচীল্ কবোক্ পোক্‌পী মৌ-নহাদুন অহল্ অদুদ
সেন্দল্ সৎলগ মমাযদ কন্‌গে অমুক্কসু তৌই ।

ব্রাবৌবব অহন্দুন হায়বক্ইঃ
ঐন ঐগী সাইদ লম্বীদ চৎচবদ
মৌ-নহাসিন বোং সাইদতগী লাক্পনি
নুপা ওইবন থৈদোক্চগনি খন্ব মওংনি
অদুবু ঐদী ঐগী সাইদ চুম্বনিন
ঈচানুপীগুম্বীসিগী লম্বী চৎফম্ মাযকৈ
মবেংজুম্দ পাযবগ লৈথোক্তুন তাক্লুবনি মাযওন্।

পাখঙ্ মচা অমন ফবক্ তাসিল্লক্ইঃ
অহল্গী খূৎন নুপীগী লেংজুম্দ লম্বী তাক্লুবগী
মৌ-নহাসিন মকন্থি ফোঙ্দোক্তুন সাউবক্পগী
অমসু-অমসু কাযদনব
কণ্যা কৎনব তৌবসি।

মৌ-নহাদুন নোক্লিব মযাম্দ তঙক্- তঙক্ল যেংই

# ছাটিন্

অহল্ অমন হায়জে ঃ
লাই খুকন্নগ নির্মল্ খব লৌবগ লোইবে
কুইবোই অদুম্ চৎচবগদবনি ঐ
থম্জবম্গে মসিমক্তং।

অহন্দু লাই আবতী কৎপ য়াওই
মখূৎ লোন্নবদুন লাইসোল্ ঈশৈ তায়
শ্রী রাধা কৃষ্ণগী যুগল্ কপ্পু মথৱাই তাই
মপুক্রীংদগী চীল্বান্দ ৱাহৈ ওইন মকা ফোংলক্ই ঃ
হে ! প্রভু ফংহন্বীয়ু ননাইবু
মপোক্ মপোক্ খুদীংদ নখোঙ্ থম্বাল্বু
সোঞ্জগে কোলোই মিংলেন্সু।

মাঙ্গঙ্ পুঙ্ কাংসি খোঞ্জেল্ লেপ্ত্রে
সঙ্কল্প ঈসৈ লোইখ্রে
লাইসঙ্দ লাইবক্ কৎচবদুন অহন্দুন
ব্রাহ্মণদগী নির্মল্ নিজবদুন
ঈশ্বরনী থৌজাল্ ফংলব অমগুগ্
ৱাখল্ নুংঙাইন মফম্দু থাদোক্তুন থোক্চবক্ই।

অহন্দু,
লম্বী চৎন-চৎন ৱাখল্ নীংকোক্ নীংকোক্ তৌবকই
অকাউব অম লৈবে হাযব নীংসিংলক্ই
তহা-তহা অমুক্ হল্লক্ই
নিংসা মপী ফুয়ন-ফুযন হোল্লদুন হংই ঃ

কদায় লৌজবগে ঐন ঙসাই সিন্নজবম্ব ছাটিন্দু,
কবি তৌবিববনো অদোম্ন খুম্‌দন লৈবীবিবদুবু
খূৎ লোন্নদুন অদুম্ন-অদুম্‌
লোল্‌ থোক্‌পীদববা অদোম্ন ?

লাইসঙ্‌ থোঙ্‌ সো লোল্লিব ব্রাহ্মণদু ঙক্‌ই
অহন্দুদ হায়বক্‌ইঃ
হো ! ঈপল্‌ ! কনাদনো কবিনো হায়বীবিবদুবু
গকব হায়বদুনি মদু
অসাবনিনে লৈবিবদু।

# ইব লোইদ্রিব

ই-ঐন নীংতম্বগী সৈবেং ।

নীংতম্‌গদবনি হাযজবসিংন
নীংতম্নবগী মসেক্-মঙাল্ উৎথোবক্‌পদ
ইব হৌবম্নব সৈবেংন
নিংঙাই হেক্-হেক্ তৌই
মুন্ন যেংলগ ঐন খল্লী,
নীংতম্বগী মবোল্ থোক্‌ত্রববা খৃৎইসি।

মবৈপাক্ নুংসিবনি হায়জবসিংন হায় ঃ
মথঙ্গা ওম্মোক্লগ য়েংঙু
কবম্ তৌবি খুন্নাইসি ?
মচা খাযন পাউ তম্বদুদ
ঐন ঙক্ নোম্মী।

ঈতুন-নান্দুন সেম্‌জবব ব্রাহৈন
থৌনা হাপ্নব লৈবোং য়েক্‌চবদ
মান্নবম্‌দে থম্মোযগ,
নীংব কায় ঐ
পাম্‌জব্ব সৈবেংদ লৈই কাবল্ চিংলগ
তবঙ্দ য়েংদুন তুম্মীন্ন হেক্ হেক্ লৈ।

ঙসিসুনি
ঈতোম্মত উংজবিবনি
নীংতম্ব হায়বন কবিনো

নীংতম্বগী ৱাহন্থোক্ক কদায়নো
কুইববনি লোত্তুন থম্জবিব।

থাজব অমনি ঐগী,
নীংতম্মীংলিবসিংনদি খঙ্‌লম্‌গনি
নীংতম্বগী মবম্‌দ মখোযদি
অদুননি ঐন সিন্ননীংলিবসি
ইবদ মপুঙ্‌ ফাদ্রিব সৈবেংসে ইব লোইসিন্‌বীনব।

# পাউখুম্

ঐগী নুপী ফজহল্লগে
সনান তেক্থবমখৈ সিবীগে
হোববাই খুজী পাম্বোম্ ফাবী
নাগী নাবীফাওব থোন্বীগে
নাপ্পদ নাচোম্  চিন্বীগে
সম্জীদ লৈ থেৎপীগে
অদুম্ তৌববদি ঐগী নুপীসি ফজবগনি।

লাই যেক্প নুপাদুন যেংই
মাগী লোযনবীগী অযেক্পা সক্তম্দ
খোঙ্ফম্ থব হন্দোক্লগ
মকোক্ নোন্থবপ্
মথম্মোয পেঞ্জন।

লাই যেক্প নুপাদুন মচাসিং কৌসিল্লী
অযেক্প সক্তম্দু কনা মান্বগে হংই
মচাসিংন খুন্মী ঃ
ঐখোযগী ঈমানি ঐখোযগী ঈমানি,
হো  ঈমা ! হো  ঈমা !
লাই অম যেংউ লাউ,
মমান চঙ্সিল্লক্লগ যেংই
মপুবোইবন যেক্প মহাক্ মসাগী সক্তম্দ
নুপীদুন লাই যেংন-যেংন
মনা পাযকুবদ
নাখুল্  ফুন্দনব মেন্ব ফক্চেৎ থেংনৈ

মঙক্সম্দ মাকুবদ
মতৎ- মতৎ সন্নব উবীক্ থেংনৈ
মপাম্বোম্দ মাকুবদ
মচু কোক্লব খুজী ওইন থেংনৈ
সম্জীদ মাকুবদ
হৈগ্রুমুক্ চাউব সম্লুল্ ওইন থংনৈ
নাপ্লদ মাকুবদ
সম্জোই অম অনীখক্ সান্নবম্ব থেংনৈ,
নুপীদুন লাই যেক্প মপুবোইবদ অমুক্ যেংই
মসাগী অযেক্প সক্তম্দ অমুক্ যেংই
কবিগীনো খঙ্দন পি সীন্থবক্ই।

মীৎকৃপ্ খবদং তুম্মীন্- তুম্মীন্ন লৈনবিঙৈ
মঙাও থীব মচানুপা অমনা
মমাগী অযেক্প সক্তম্দ মকোই যেক্সিল্লী,
ঙাইহাক্কী মতুঙ্দ পূম্চাঙ্ হাঙ্ই
লাই যেক্ফম্ ।

# মাঙ্জৌনন

মী মমিং ইনব সেম্ সাই
অনম্ব বার্ত্তণসু চবুল্ চবুল্ থন্মী
বার্ত্তণ অম লৌখৎতুন পাবগ যেংই।

হৌজিক্ হৌজিক্মক্তি হিংজবিব
সিগদৌব মতম্দি খঙ্জদ্রিব
ঐগী ঈসামক্কী পাঙ্থোক্চগদৌবি শ্রার্দ্ধ
লাক্লিব লাংবল্গী লৈবাক্পোক্প নুমীত্ত
খ্যাইখিবীক্ল লেঙ্বীবক্লব নীংসিংজবি।

পাউঞ্জের্জবিব ঃ
ঐ ঈসামক্ অমদি লোযনবী
লোযনন ইমুঙ্ মনুঙ ।

ৱাখল্ অমুক্ খল্লী।

ঐগী শ্রার্দ্ধগীনি হাযদুন
তল্বু ওইবো খেট্রীবু ওইবো
ফোলাবু ওইবো চেঙ্পাক্পু ওইবো
অমবুওইবো অমবুওইবো
অহল্ লমল্ মরূপ্ মপাঙ্ নুপী অঙাঙ্সিং
পবেং পবেং ফম্দুন চাবদু যেংনিংই ।
মাঙ্গোল্দ লৈবগ
কনা কনা বার্ত্তণ তৌগদগে খল্লিদঁে
ইমুঙ্দগী থোবক্পী ঐগী নুপীন হংলক্ইঃ
কনাগী বার্ত্তণনো কবিগীনো অদুক্ যাল্লিবদুবু'?

ঐন খুন্মীঃ

ঐহাক্ যাম্ন সোঞ্জিল্লক্লে
সিবসি কৈদৌঙৈনো খঙ্জিল্লক্তবে
ঐন সিদ্রিঙৈ শ্রাদ্ধ সোন্দোক্হৌনব
বার্ত্তণ নম্হল্লুবদু পুবক্লবনি
সিবগ উবোইদৌবদু হিংলিঙৈদ উনিংই।

ঐগী নুপীন সাউগৎলক্ই
মচীল্ থীন থীন মচাসিং কৌই
ঈবুংঙো চাউব ঈবুংঙো তোম্ব হো ! ঈবেম্ম !
কনা কনা লৈবগে নখোযবু তাদববা
যোৎপাক্ থাঙ্জৌ পুবক্উ
লৈপাক্ হোন্নব খুদেংলা অমসু যাওবক্উ
সিদ্রিঙৈ নপাসে শ্রাদ্ধ সোন্গদৌবে
হিংলিঙৈ কবিসু তৌদ্রিঙৈ মোংফম্ সেম্হৌবসি
মফম্ চাব অম যেংলুবসি।

ঐগী নুপীন কোম্থোঙ্ ৱাংম লান্খিবদ
থীদ মসিদি সাথিদ হাযন হাযন
মতুঙ্ ইন্নে ঐন তপ্লি তপ্লি।

# ঙসিসু

নুমীৎ থা থৱান্মিচাক্ চীং পাৎ তুবেল্
মখোয় লোইন লৈবি।
নাকেন্থা য়েন্নীংথা নোংজুথা কালেন্থা নিংথম্থা
মখোয ওন্ন-ওন্নন লাক্ই।
ঐন ঐগী তাইবংপান্বদ
খঙ্জব ঙম্বদুম্নদি খঙ্জবি
তেংবান্ব মপুগী খূৎসেম্সু কাযদে।
অদুবু অসেংব ওইনদি  লৈত্রবসু
মঙ্লান্দ উবগুম্নদি তৌই নঙ্সে
ঈমাঙ্দ লেপ্লগুম্ন সক্তম্ চাম্ম-চাম্ম ওইন
তাবগুম্নদি তৌই খোঞ্জেল্সু
ঐঙোন্দ হাযবগুম্ন ৱাহৈ কযা কযা থোক্র
অমুক্র যাম্ন লাপ্ল  লৈবগুম্
অমুক্র য়াম্ন নক্ল লৈবগুম্ ।
নীংসিংব হাযবসিনা যাম্ন কন্খিবন
থৈদোক্তুন লৈ অকাউব মান
অসুম্ন লৈ নঙ্ন
অমুক্র কপ্পুন অমুক্র নোক্তুন
ঐখোয অনীগী মবক্ত চিংলিব লৈইদ য়েংদুন।

চৎথ্রব অমনি খঙ্ন খঙ্ন নঙ্বু
কাউথোক্চবদুন ঈসান ঈসাবু
মাদুন থিবদ নঙ্ লৈবগী সহুম্দি ফংই
ঐগী খূৎন থেংগদৌবে খন্দুন নঙ্ন

খোঙ্ফম্ খব হন্দোক্পগুম্ তৌববা ?
মীগ লাইওইস্ত্রবগ সম্নব য়াদবন নঙ্ন
উহন্দন অদুম্ লোত্তুন লৈববা ?

অৱা- নুংঙাই তাইবং মীওইবগী পুন্সিদ
নঙ্গী নীংসিংবন মযাযদ থম্লগ
অৱাংপ অমগী অহাঙ্ব মফম্দ য়েংলগ
কপ্চবি ঐন ঙসিসু
নঙ্দি উদ্রে সোল্ল-সোল্লদুনসুম !

## নত্তবদগী

লাল্ হৌ হে! অইব!
থাঙ্ নত্তে তা নত্তে নোংমৈ নত্তে
পাযগদব খূৎলাই নঙ্গীদি
খোঙ্জেনি খোঙ্জে।

হৌখ্রব অথৌব লাই ওইখ্রব
মবৈবাক্কীদমক্ মবম্দম্গীদমক্ মথল্লায কৎখ্রব
সিগনি খঙ্নে সিখিব
নত্তেনে মখোয পাঙ্দব।

সক্তম্ অমগী মমাঙ্দ
তাৎ মচা মচা তৌবগ
তৌসিন্নদুন হাইফেৎ হাইফেৎ মাল্হল্লগ
লৈ-সু খবদং কৎলগ
ঈতাউ-তাউব মপুক্লীংন মকোক্ নোম্থবগ
খ্বাইগী মমাঙ্দ উহন্ব অদুতন
নত্তেনে মবৈপাক নীংবনি হাযগদব।

কাঙ্লূপ্ কাঙ্লুপ্ সেম্ব লিংজেল্ মান্নদব
লুচিংব কযাগী লুচিংবন খূবক্ হাঙ্দব
চেঙ্গুম্ সৌবগুম্ব চোইখোম্ মযাম্ন
যৌ-যৌ চোংব মঙম্দি সান্দব
নত্তেনে মদুসু মবৈবাক্ নীংবনি হাযগদব।

ৱাখল্ মপাল্ সাৎন সাৎন
তন্দলগুম্ন অমুক্ অমুক্ ঙান্দুন
অকন্‌বনি অথৌবনি মবৈপাক্ নীংবনি হায়বগ
মৈবান্‌বীন জগোয় সাব তাবক্‌প
পুন্সি পিখম্নবগ লোইখিব মপোক্
লুখ্রাবীগী যূম্ফম্ থোল্লন্নগ হন্‌খিব
নত্তেনে মদুসু মরৈপাক্ নীংবনি হাযগদব।

হে ! অইব ! মসিদ লৈবে খুন্নাইসি
তাহল্লো নঙগী খূৎইদ মমিসি
পুথোক্লো অসেংব অচুম্ব মবৈবাক্ নীংব
ঙাইবিবনি ঐদী নঙ্‌ন খোর্জ্জে পাযব।

# খূদোল্

লেক্ থাংলে
মচু থোক্লে
মন্বদগী মহূৎ মহূৎ তৎপ যাওবে
মচুবুদি অঙৌব লেংযান্‌ফিনি ঐগীসি।

ঈসা নান্‌ব পাম্‌জৈ ঐদী
উবীক্ লুকুন্ তক তক
চন্দন্ চবা লংলপ্- লংলপ্
কৈজোম্ ফবীৎ তনান্ তনান্
সেৎতোক্ চৎথোবক্‌পদ চীং লেম্ন ফজহন্নীংই,
কুচু মুজববস্ নূবা নল্লি ঐ
চহি যাম্‌জববস্ খুনীং তক্‌ই ঐ
খ্বাঙ্‌ফাওব কোল্‌হন্নীংদ্রিবনি ঐ।

নুপী চেন্‌বগী পাউ পীব চৎপদ
ৱাবী লাইবিক্ তাব চৎপদ
লুহোংব শ্রাদ্ধ দেব-কর্মগী চৎপদ
লাই খুকস্ন চৎপদ
ঙকসম্‌দ নৎত্রগ লেংজুম্‌দ ফি যান্থৈ
অহল্ ওইবগী তৌবদু তৌই ঐস্
অদুবু খ্বাইন ঙক্‌পীবিব অর্মদি
নোংমত সৃদে ঐগী লেংযান্‌ফি
থেংবদ হাক্চগদব মান্‌গনি।

যূম্‌দ লৈবদ লেংযান্‌ফি থাদবদুদ
চাক্‌ চাবদ লেংযান্‌ফি থাদবদুদ
নুমিদাং তূম্বদ লেংযান্‌ফি থাদবদুদ
ঐগী ইমিং অসেংব কাউনবে
খুবাইজম্‌গী লেংযান্‌ফি হায়ন কৌনবে,
কবিসু সাউদে ঐন
কনাবুসু বাবৌদে ঐন।
অদুবু কবিগীনো খঙ্‌দে ঙসিদি
পুক্নীং যাম্ন নুংসিব অম ফাওই
অবোইব তাল্লক্লববা খঙ্‌দব যাহিপ্‌সিন লাক্‌পদ।

ঐগী থরাযগী চান্নবী !
লাইবক্লেন্দ তিনখ্রবী ঈবেম্মা !
নঙব নীংসিংব হেল্লী
থম্মোই পেন্নব কপ্লীংলকই
নখূৎমক্ক ফিসাকোন্দ সাবগ পীবম্ব
পাখঙ্‌- লৈসা ওইবিঙৈ অদুঙৈগী খূদোল্‌
ইন্নফিদুনিনে ঈবেম্ম !
সীজিন্নবিবসে ঐন লেংযান্‌ফি ওইন ।

মোৎলি হাযব খঙই ঐ
মচু সিথবে হাযব উই ঐ
তোম্বীমচা লৈবি খঞ্জবিবান যেংলগ লেংযান্‌ফি,
নুংসিবী নঙ্‌গী নুংসি খূদোল্‌ফি
কাযহন্নীংদবদগী ফিথূপ্পু হান্নগী
ফিসু-ফিজাম্‌ তৌদবনি নোংমত ঐদী
চহী কুম্‌জা কযাসি।

খঙ্দব কনাগী মীযেংদগীদি
ঐগী লেংযান্‌ফি উবদ নোক্লবম্‌গনি
খুবাইজম্‌গী অহল্‌গী লেংযান্‌ফিসিদি !

হো ! লৈকায ! লৈকায ! কনা কনানো লাউ !
ঐন মীৎ উইসিন্দ্রিঙৈ ৱাবী লীগে লাউ !
ঐগী চান্নবীগী খুদোল্ ফি
লেংযানফি সূদবগী
লেংযানফি মোৎপগী।

# লাক্কদব অমগী

মবাল লৈব লৈতব।

মী অম
চখোকখিবদগী নংত্রগ
মাঙ্খিবদগী নংত্রগ
যাখিবদগী
সিদুন লৈবক্লব কবিগুম্ব!

ঐগী ঈমাবু ওইবো ঈপাবু ওইবো
ঐগী ঈযাম্ববু ওইবো ঈনাওবু ওইবো
ঐগী ঈচেবু ওইবো ঈচলবু ওইবো
ঐগী ঈচাবু ওইবো ঈসুবু ওইবো
ঐগী মবী মতাবু ওইবো
ঐগী সাগৈবু ওইবো
ফন যাম্ন হাযদুনসু
মীবেন্সঙ্দ ওইবি
মী অসিবগী মসক্ খঙ্ফম্ তাক্ফম্ যেংফম্।

পূক্ফত্তব মী হাৎপন
মহাক্ অদুন নংত্রগ মখোয অদুন
মী হাৎপদ
ফিভম্ থীন যৌন হাৎতোক্কনি
মমায মমীৎ মসিনি হাযব খঙ্হল্লোই
কল্লক্ পেন্ন যেক্লবদ খূৎ থাবগুম্ন উহন্গনি।

মী মসীং অম হন্থবব ইমুঙ্দুন
অসিবন মবন্নাই তাদুন লৈহৌব
মহৌসা ওইবব  লম্দম্নি।

মপুবোইব কায়নববী
পূম্ভৌ ফনেক্ সেংপী ইন্নফি ইন্বী
পিবোইনববী নুপীজা কয়ান
মতু পোন্ন পান্ব খুন্নাই উবগ
যেক্লবন মসোং ফন্গৎলক্লি।

যেন্নীং থাদ নুংওঞ্জবিবী
যূম্গী মৌদি ওইজবিবী
খোইজী খাদ নাউপুবিবী কযান
তুংগী পুক্সি অমগীদমক্
মিতন্নিব অঙাঙ্ নৱাদ নান্বীবি।

# লোয়নন

থৌবম্ অমদ
মীথুংলেন্ন ৱা ঙাঙ্লিঙৈদ
মীথুংলেন্দ যেংলগ থৌবম্ মপুন
ৱাহৈ অম তোযন তোযন হায
"**লোয়নন**"।
খ্বাইখিবীক্তি ঙক্ই
ৱাবী সাব যাওই
কবি তৌববনো থৌবম্ মপুসিবু
লোযনন হাযব ৱাহৈসি তোযন হায়বিবসিবু !

ৱা ঙাঙ্ব লোইবদুন ফম্থগ্রে মীথুংলেন্
মতাঙ্ যৌবক্লে থৌবম্ মপুগী
তপ্ন হৌবক্ই
ঙসিগী থৌবম্ অসিদ
সেংদোক্চগে ৱাফম্ অম হান্ন
মীথুংলেন্ন ৱা ঙাঙ্লিঙৈ
হাযজখি ঐন যাম্ন তোযন
হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ ৱাহৈ অম-লোযনন ।
মীথুংলেন্ন ঙাঙ্ব ৱাদ
তানীংন ঈথৌ লাংন ঙাইনবিবসি
অতৈ অম নত্তে
খুদম্ অম লৌখৎচদুন পঞ্জগে।
নোংম ঐন থৌবম্ অমদ
মীথুংলেন্ ওইবগী ৱাবীনি।

ঙসিগী অসিগুম্ব থৌবম্সি
য়াম্ম যাওজনিংদুন লৈজবনি ঐহাক্সু
অদুদ খজিক্তং থৈনবন লম্সিদগী ঐন
নক্সিন্নব ঙম্জদে পাম্জ-পাম্জন পাম্জবসিগ
অসিগুম্ব থৌবম্সি পাঙ্থোক্পদ
মতুঙ্দ ঐবুসু য়াওব ফংহন্বীনব
খুৎ লোন্নন ঐন হায়জৈ
লোয়নন লূপ্ অসিগী
অৱাৎ- অপা মেন্খৎপদ মতেঙ্ ওইবীনব
খুৎসিন্নজগে লুপা- - - দং
লৌসিন্বীগনি লূপ্ অসিন হবাও-হবাও।

খঙ্হৌদন খূবাক্ খূবক্াখ
লূপ্তুনসু থাগৎপীবক্খি
ফম্বদ ঐসে মাযথোঙ্ মকা লান্নম্গনি খঞ্জখি
সেল্গী মতেঙ্ পাংজবি লাউথোক্চবদগী ।

লোইসিঞ্জবক্প ওইন।

লোযনন হাযব ৱাহৈসি ঐনদি
তোযন তোযন তাবিনব হাযজকব অসিমদি
খ্বাইগী নাকোংদ ঙংদুন লৈহৌবে হাযন লৌজবে
লোযনন থৌবম্ মপু ওইহন্বিবগী ঐহাক্পু
থাগৎচবি হন্ন হন্ন লূপ্ অসিবু
খুকম্জবি অবোইবদ খ্বাইখিবীক্পু।

# নীংসিংলক্পা অম

নোংম ঐন ঈমাদ হংই ঃ
নোংম কাংদন নোংমৈ মখোল্ তাবে
কাপ্লম্লে হাৎলম্লে
অসিব মী অম তাবম্লে
অসিবু কবি মবম্গীনো ঈমা !
ঈমাখোযন অঙাঙ্ ওইবিঙৈদগী তৌবক্লববা ?

নোংম ঈমাগ ঈবোক্খোযদ চৎপদ
ঐন ঈমাদ হায়ঃ

নোংমৈ পায়ব লাম্মী যাম্ন চৎপ উবে
লেপ্খিসিবা ঈমা ঐখোযবু ?

মখা তান ঈমাদ ঐন হংই ঃ
নোংমৈ মতোন্ থিন্দোক্লুন চৎলিবসি লাম্মীন
কনাগ কাপ্লব চৎলিবনো ঈমা ?
ঈমান খুম্মীঃ খঙ্দে ।
খঙ্হৌদব মীৎকৃপ্ত তাবক্ই
নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল্
পাখৎলদুন ঐন ঈমাদ হংই ঃ
কদোমদ চৎকনি ঈমা !
ঈমান ঐবু থেমজিন্বী
ঈমাগী ঈবুংঙো ঈমা লৈবিবসিদি ।

ইল্লম্ন ইন্নফিন খ্বাংচেৎপু লাক্‌সিন্‌
ঐগী খূৎপু সম্‌
ঈমান ফিভম্‌ সেন্নিঙৈ
নোংমৈ মখোল্‌দি হেন্নদুম্‌ নক্‌সিল্লক্‌ই
ঈমান ঐবু কোন্‌খত্তুন পন্লগ চেন্‌বদ
ঐন কপখি-ঈমা ঈমাব কৌন ।

## মোং- হাদব

দ্রামা য়াওবে লীলা যাওবে
ঈসৈ সক্পসু মতম্লে
হৌজিক্ত সিনেমা কৃম্লে
মমল্ যাম্লব কলাকাব হাযবদু ওইবে।

কলাকাবদুন খল্লী সিন্ফম্ সুবব ঐবু
লৈবিগদগে খঙ্দব কনাবু ।

দ্রামা যেংদব লীলা যেংদব
সিনেমা যেংদব ঈসৈ তানীংদব
অম নৎত্রগ অমবু পাম্দব
খজিক্তংদবু ওইববসু
হৈনদব মী মহাক্তু
নত্তে তাইবংপান্দ তাইবঙ মী হাযবদু,
অসুম্ন খল্লি হেক্ হেক্ কলাকাবদু।

যাম্ন নুংঙাইব অম লৈ
কলাকাবদুগী হৈনবী অসিগুম্বগী,
দ্রামাবু ওইবো লীলাবু ওইবো
সিনেমাবু ওইবো ঈসৈবু ওইবো
কৃম্মে ফিহোং অমবু তৌবব
ঙল্লিঙৈ কাতু- কাবল্ চৎকনি
খ্বাইন মাবু উনব
মদুদ মান নুংঙাইজগনি
হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংন মোমোন্ নোক্কনি।

ৱাবী অমসু লৈ ।

নোংম কলাকাবদু,
মখা কৈথেল্ সিনেমা হোল্ মমাঙ্দ
সেঙ্গন্না ৱাবা মিঠাইবা
উম্বোই সাযবোই নোক্মি নোক্মি তৌ
হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি
সিনেমা য়েংগদবসিংদ য়েংন য়েংন,
সিনেমা য়েংগদবসিংনসু মঙোন্দ য়েংলক্ই
সিনেমাগী হীবো অসিদ চৎলে
খূদোম্বী থিন্বদ লৈসাবী মচাসিংন
খোঙ্থাং লেপ্তুক্ তৌই কলাকাবদু।

গাবী অমন হোবোল্ পীবক্পদ
তাদে খঙ্দে কলাকাবদি
মখূৎন মখাঙ্দ মেৎ
মমীৎন সিনেমাগী লাইদ য়েং
লৈসাবীসিংদ অমুক্ য়েং
অদুম্ লৈ কলাকাবদু
লম্বী ময়ায়দ লেম্ন ।

# মহী লাঙ্‌ব

চীং-মান্‌দ চৎপদ সা-কৈ থেংনগনি
কিদে ঐন
অমম্‌-অথেঙ্‌বদ চৎপদ লাই ওক্লগনি
কিদে ঐন
কুম্‌গী নোংজু হৌবক্‌পগী অখাক্‌-অবাওখোল্‌
কিদে ঐন
খ্বাইদগী কিজবিবসি ঐনা ঐগী নুপীনি।

ঐগী নুপী মসক্‌ যাম্ন ফজে
লাইবিক্তি যাম্ন তন্নক্তে
অদু ওইববসু
ঐগী নুপীবু কল্লক্ল যেংব যাওনবির্বনি
ঐসে লাইবক্‌ ফৈ হাযনবিবনি
নুপী মসক্‌ ফজব লৌবগী।

যুম্বাল্‌ পুন্সিদ খোঙ্‌দাব কুইদ্রিংৈ
ঈচা শাযবদ্‌ লৈনিংৈ
ঐগী নুপী যাম্ন লিবি-খোইবিবস্মী
ঐগী নুপীগী মতৌ তম্‌জৌ লৈকাযদ হাযনবস্মী।
কবিনিন ঐদী
পুক্লীংদ ফাওবক্‌প ব্রাখন্দ লাক্‌প
উকব তাকব খঙ্‌লুব কযা
ইননব হোৎনদুনত লৈজবনি

চেঙ্ফৃদ চেঙ্ য়াওদবগী
থোংনিংঙাই-থাক্লিংঙাই লৈতবগী
মক্‌প্‌-মতা অৱাৎ-অপা ইমুঙ্গী
পুক্নীংবু চঙ্লুদে ঐদী।

ঐন মোন্দ্রঙ্দ লৈগন্‌বদগীনি খঙ্দে
ঐগী নুপী মচীল্‌ কবোক্‌ পোক্লক্লে
থীন-থীন ঐঙোন্দ ঙাঙ্ব হৌবক্লে
ঐন ৱা ঙাঙ্গন্দবদুদ
নুপীন ঙম্বনি হাযবীবে ।

অসুম্ন অসুম্‌ হৌখ্রব মতুঙ্
কুম্‌জা কযা ঐনা
থৱায যাওজবগী ওইবমাল্লে ইবদ
মনা অম থিন্দোক্‌পীবে
মীদি খঙ্দে ঐদী যাম্ন হবাওবে।

মনা পীব নুমীৎকী
মনা লৌব চৎলম্‌দাই
চাক থোংদবগী মবম্‌ হংলুবদ
থোংনিংঙাই এন্সাং লৈতবগী ওইবম্মী
ঐগী নুপীগ খৎনৈ
অদুবু চত্তবদি য়াদবনিন সাহিত্যগী থৌবম্‌দু যাওব চৎলে।

থৌবম্‌দুদ মনা লৌবগী ঐন সৃক্‌থন চঙ্বদ
কবিবু হক্‌চাং ঙশ্বীদ্রববা হাযবগুম্ন তাখী

মীথুংলেন্ন ঐঙোন্দ হংবগুম্ন,
চাক্ লাম্বগী চোক্থবিবনি খঙ্হন্নিংদবন
নোক্সিন্নদুন খুমদোক্খি ঐন
ঈসাগী নাপল্দি উৎত্রবনি হাযব সাবদুন,
মতীক্ চাজদব ঐবু থাগৎপীবগী খঞ্জবিবনি
অদুবু মীথুংলেন্ন মনা খুৎসিন্নবদ ঐঙোন্দ
কবি অমত্ত হাযখিদে হাযবসি কোন্ন খঙ্লক্ই ।

## ঈকায়বদগী

নোংম,
ঐগী নুপীন ঐঙোন্দ হংলক্ইঃ
সৈবেং ইবীবিববা হায়বসু  সৈবেংদি ইদে
থবক্ তৌবীবিববা হাযবসু থবক্তি সূদে
কবিগীনো উংদুন লৈবীবিবসিবু ?

ঐন সম্ন খুম্মীঃ
কবিসু তৌদে ।

ঐগী নুপীন মখা তান অমুক্তসু হংলক্ইঃ
নহাল্ নোংম মনা লৌবগী থৌবম্ চৎকনি হাযবীখিবদুবু
চৎপীকববা মদুবু ?
সনাগী তকমান্সু পুবীবক্তে
সাইতেসন্সু যাওবীবক্তে
কবম্ তৌবীগ্রবনো মদুবু ?

ঐ খুম্দে ।

ঐগী নুপী ব্রা  ঙাঙ্ব তোক্তে।
নোংম নুমিদাং অমদ তিঃভিঃদ উজহৌই
সনাগী তকমান্ ঙক্সম্দ সিবগ
সাইতেসন্ন খৃত্ত পাযবগ
মীওই খবগ লেপ্মিন্নব,
তিঃভিঃদ উবদুদ হবাওজদুন ঐন

ঐগী নুপানি ঐগী নুপানি হায়দুন
তিঃভিঃ যেংলিবসিংদ তাক্লিবনি
অদুবু কবিসু পুবক্তে নঙ্দি যূম্‌দদি
লৌসিন্‌বীহৌববা অসিন্-অবাঙ্ কাঙ্‌বুন
মন্যা পীব লোইবগ
সনাগী তকমান্দুগ সাইতেসন্দুগ ?

ঐসে নোক্লিংলক্লে
চীল্‌বান্ কাংগংনবক্‌ই
ঐগী নুপীগী মতৌ অমসুং ৱাহৈদ
অদুবু ৱাদি ঙাঙ্‌দে ইবাল্ লৈববগুম্।

ঐগী নুপীদ ঈনাক্ত ফম্‌থবক্‌ই
ৱা মখা তাবক্‌ইঃ
হান্ন সাউবদি সাউবীবক্‌খিগনুকো !
মীন হায়নবদগী তাজবক্‌পনি
চে-চাং যাওব খাউ অম খূল্লে
নঙ্গী মিং ইব চেসু থেংনৈ
খববদ হ[illegible] কুইদ্রি হায
থেংনবীহৌদ্রববা নহাক্‌পু ?

ঐন তেন্ন খুম্মীঃ
খাউ তাহৌদে ঐগীদি
লৈবাক্ চাউই মিং মান্নব লৈব তাবনি।
মীৎকৃপুদ ৱবেপ্ অমদি লৌজে ঐগী পুক্লীংদ
তাবিখ অসুক্ত পাউজেল্ চেফোঙ্দ হাপ্লীবক্‌প

ঐগ মান্নব মিং যাওব
থেংনজখি খাউ অম খূল্লে হায়বীবক্পদু
পোৎ মাঙ্হৌব তাহৌব
নৈজদে ঐগীদি থোইদোক্প ,
অদুবু ঐগী থম্মোয়নদি নিংঙাই তৌবক্ই
সনাগী তকমান্ অমসুং সাইতেসন্ তাহৌই।

ঐন লূক্থদুন লৈবদুদ
কবি খল্লবনো খঙ্দে ঐগী নুপীদু
অসুম্ন হায়বল্লগ চৎখিঃ

খঙ্জবে ঈবুংঙো খঙ্জবে
তুম্মীন্ন লৈবীবিবদুগী মবম্
সৈবেং ইননব ব্রাখল্ সুংন্নিব ওইবম্গনি
ঈপুবোইব কবি অঙাওবগ ব্রাবী সাগদৌবগী সকক্
হীক্লুদুম্ মাকখিগে,
ঐগী নুপীদু মমীৎ লাওথোক্লুন মবৈ তিংথোক্লম্মী।

ঐন নিংসা মপী হোন্দোকহৌই।

# মীওই অম

ওজানা  লাইবিক্ তাক্প মতম্দ
ছাত্রগী মথৌদি
পুক্নীং চঙ্ব থব্লায যাওব তাই
মসিমসু খঙ্ব তাই
কবি হাযবিবনো হায়বদু ওজান
অদুগ ঐখোয়ন হৈগে তাল্লিবসিমদি
খব খজিক্ খেন্নৈ
অদুবু খৃৎকি থবক্ অম তম্বদদি
মুন্ন যেংব তাই,
ওজান তাযব ব্রাদু
ফজন তায নহাদু
ঊৎলি হৈনিংবগী মতৌসু।

লৈকাযন হাযনৈ
মমা লুখ্রাবীগী মতেঙ্ পাংনব
মাগী মচাদু সনা সাব য়াওবে
ফৈ অবেম্বদ লৈবদগীদি,
লুখ্রাবীগী মচাদু
সনা সাফম্ কোন্সঙ্দ থবক্  সৃবদ
থবক্ হেক্ত হৌবোই
ঙাইহাক্তি তুম্মীন্ন লৈগনি
সনাগী মওং ব্রাখন্দ লাক্সিন্গনি
ওজান মুন্ন যেংগদবনি হাযবদু নীংসিংগনি।

লুখ্রাবী মচাদু অসুম্নসু তৌই
লৈসাবী

মৌ-নহা
মীযায চল্লবী
লম্বীদ লম্জাওদ কৈথেল্দ কবিদ
থেংনব উনব নুপী খুদীং
খঙনব খঙনদব থিদে
মুন্ন মুন্ন যেংগল্লী
নক্সিন্ব যাব মতাঙ্দন নক্সিগল্লী।

লুখ্রাবী মচাগী মতৌদ
নুপীদ মুন্ন মুন্ন যেংগন্বদুদ
লৈসাবী মচানদি মতীল্ সীৎপ য়াওই
মৌ নহানদি থীন চৈবীব যাওই
মীয়ায চল্লবীনদি ঙাওবববা হংব য়াওই
অদুবু লুখ্রাবী মচানদি হায়জৈঃ
ইবান্দি লৈজদবনি ঐদী
সনা সাব তম্জবগী
চৎনবিব সনাগী মওং য়েংজবনি।

# অনৌব পান্ব

মার্বোল্ সান্নববোই
অমাঙ্গোযসু তল্লে যূম্সাবীসু তোক্লগে
মব্দম্কোন্বীসু পাম্দ্রে
মসান্ন হোংদোক্লীংলে
মসি লিবে,
প্লাষ্টিক্কী নোংমৈ মব্দ চৎপী
দুকান্দ যাম্ন যোল্লি
নোংমৈ লৈবীযু ঐগীসু।

নোংমৈ কাপ্পী সান্নসি যাগদব
যাম্ন লৈ ঐখোয লৈকাযদ,
তোম্বগীসু অখপ্পী নোংমৈ অম লৈখ্রে
ফদ্রাঙ্ ফদ্রাঙ্ কাপ্প যাই
ঐগীদি নোংমৈ লৈতে হাযদুন
সান্নসি যাদে মখোযন।

ঐঙোন্দ ব্রাবী লীবিবদো
সামু হাযব সা অসি যাম্ন কল্লী
কৈ-নোংসা যাম্ন তম্থী
কোক্থোং অম উবে তিঃভিঃদ
কবিসু কিবীদে ঐদী।
ঐগীসু নোংমৈবু লৈবব
থেঙ্-থেঙ্বু কাপ্প যাবব
কিবীগদব মান্দে ঐদী,
নোংমৈ পাযব মীদি কন্ন উই
নোংমৈ লৈবীযু ঐগীসু।

অচাপোৎকী সান্নপোৎকী
মচাগী নিংঙাইদ থোইনবু থৌসাবম্দবী
মমা ওইবী পাখৎলক্ই
মচাবু থেম্জিঞ্জবক্ইঃ
ঙাইখো ঙাইখো ঈমাগী ঈবুংঙো
লাইবিক্ লৈবেসে পাবম্মু
অচাপোৎ  লৈকুগে চৎথোক্লমগনু।

# হোংলক্প

মপুবোক্ল হংইঃ
নোংঙান্গদবসিবু ৱাৎলিববা ঈসুসা !
ঐদী তুম্ব যাদ্রেবো !
যেন্ লোইনদ্রববা লৈকাযসিবু
যেন্ খোংলবদি খঙ্গদবনি মতম্সি !
অহিংসে নোংযাই মতুঙ্ ওইবে ওইদে হাযবসি !

নখোয়গী ঘড়ী হাযবদো
যেংবসু ঐদী হৈজদে
লাইবিক্ তম্হৌদবন পুঙসু খঙজদে
নপুদি সেংলবনি থাযনগী মী হাযবদো।

মসৃসিং ঙাইহাক্ তুম্মীন্ তুম্মীন্ লৈ
মাযথোঙ্ খুদীং নোক্মি-নোক্মি তৌই
মসৃ অমন খুম্লক্ইঃ
ঘড়ী মবাঙ্ কাযবে ঈপুবোক্ হৌজিক্তি
মোবাইল্দসু ঘড়ী কম্পুতবদসু ঘড়ী
ঘড়ীগী ঘড়ী ঙাক্ত ৱাই চাইববনি
মমাংঙৈদ হাযনৈ হাযনবম্ব
যেন্ খোংলে অহিংসে থেঙ্লে
ক্লাক্ খোংলে নোংঙান্গদৌবে
নোংজু মতম্ ওইববসু মহাযব অদুম্
নুমীৎ ফক্লাঙ্ হাইথবে

নুমীৎ মাঙ্গোল্ ময়ায যৌবে চুবি লাল্লে,
চৎনদ্রবনি মসি পূম্নমক্সি ঈপুবোক্
পুঙ্ কয়া তাবে হ্ংবন ফববনি,
ক্বাক্সু চাক্তাফম্ ফংদ্রদুন উসিল্লক্কবে
যেনসু বার্দ ফ্লূ লাক্পদগী লৈসিল্লক্কবে
ঘড়ী যেংব তন্নসি ঈপুবোক্
ব্রান্ তু থ্রী মসীং তেন্ফাওবদি
তন্নগ হৈগনিদা অদুম্।

মচা-মসৃসিংগী ব্রাহ্দৈ
কবিনো অম খল্লববা খঙ্দে মপুবোক্তু
ব্রা মখা তাদন তুম্মীন্ন অদুম্ লৈখ্রে
মসৃসিংনদি অসুম্ন লৌইঃ
চোক্থববা ঈপুবোক্সি নুংঙাইন তূমখূন্ তান্খ্রে ।

# য়েন্নীং অমদগী য়েন্নীং অমদ

ঐগী নুপী ঈবেম্হল্ন ঐবু মীবাযবীবে
ঈবেযাইম পুসিল্লক্পদগী
ঐসে ঐগী নুপী ঈবেযাইমগী যূম্দ লৈবে
নুপী অহল্সু মচা খব লৈবে
নুপী যাইমসু অদু মঙায মচা খব লৈবে ।

মী অযাম্বন হাযনবনিঃ
নুপা অমন নুপী লোন্বসি
অহান্বগী নুপীন নুপী অহল্
অনিসুবগী নুপীন নুপী অতোম্বী কৌই
যাজনীংদে ঐদী নুপী অতোম্বী কৌবসি
নুপী যাইম হাযহঞ্জনীংই ।

নুপা অমন নুপী অহুম্ লোল্লবদি
নুপী অহল্ নুপী যাইম নুপী অতোম্বী
হাযজনীংই অসুম্ল ঐদী
মসীং থীব ঙম্দন নুপী লোন্বদুন
নুপী নুপী নুপী হাযব তাবেদনা ।

মহৌসাদগী ঐসে নুংথিল্ তূম্ব হৈনজদবগী
যূম্দ সুংজিন্দুন লৈবসু পাম্জদবদগী
হক্চাং সাজেল্ ওইন খোঙ্ন
চৎকল্লি কৈথেল্দ,
এক্সাং-নাপী য়োন্ফম্

নুপী কৈথেল্ পোৎফম্ মবক্
মখল্- মথেল্ অনৌ-অপেন্ য়েংব
য়োল্লম্ব পোৎ-চৈ লৈব-লৈদবন অমনি।

অসুম্ন অসুম্ চৎপদগী
ঙা য়োন্বী মৌ নহা অমগ সক্খঙ্নবে,
চহিদি অদুক্ হাক্ল লৈসিন্দ্রি
মহাক্ মপাম্দ হল্লক্লুন লৈববীনি
মচা চেন্দ্রি,
মপুবোইবদু যু থক্কল্লি
নুপী যাম্ন ফৃগল্লি হায
খাইনবক্পনি হায়ব খঙখি মদুদগী,
ৱাবী তাব নুমীত্তুদগী হৌথ্রে
পিদোল্লবী পুন্সিদুগীদমক ঐন লেপ্খিবসি।

নোংম ঐন ঙা য়োন্বীদু পুবক্লে
সম্ন হাযববদ চেল্লক্লে।

অহান্ব অনিসুব নুপী চেন্ব মতম্দুফাওবদি
নুপী ময়ূম্দ পাউ পীবিকনব
নুপী হাযদোক্পীকনব মী লৈজবম্মী
অহূম্সুব নুপীগী মতাঙ্ য়ৌবক্পদদি
নুপী ময়ূম্দ চৎপীকনব মী ফংদ্রে
ঈসা চত্তুন লৈকাযগী অহল- লমল্সিংদ নোঞ্জকবে
অদুবু থবক্ সংদে হক্চাং ঙমদে ঙাক্ত হায়বীবক্লে ।

কবিনো তৌগদৌবিবসিবু খল্লিঁগে
কোক্ সাদুন মাঙ্গোল্দ খঞ্জানবিঁগে
ঐন যাওং ইল্লিব লৈকায়দুদ লৈবী
ঈবেম্‌পীসক্ খ্বাংচেৎ কিসি লাক্লদুন লাক্লবে
কনান তম্বদগী কদোম্‌দগী তাবক্‌প পাউনো খঙ্গে
ঐন ঈবেতোম্বী চেল্লক্লে হায়বসি চুন্ত্রা হংলবে
মাসু ঐগ মবী লৈনবনিন
ঐগীদ লৈবগনি হায়ববে
মযুম্‌দ হন্‌খ্রো হাযব যাদবে ।

ঐসে কবি তৌগ্রবনো হাযবদু নীংসিংব থোক্লে
ঐন ব্রাখল্ লাক্‌প মতম্‌দ
ফমুঙ্গ্‌দ হীপ্তুন লৈবম্মী ঐসে
ঐগী ঈনাক্ত কপ্তুন ফম্লম্মী ঈবেম্‌পীসক্ ।

# খন্বদ

ঙসি কোবৌনুং ওইবে নুমীৎ য়াইফব
সাবী য়েংঙি সাবী ঙাক্
সানৌ য়েংঙি সানৌ ঙাক্
পাবী-মমোম্ সঙ্গু সঙ্গু ঙাক্,
হাযব যাবে লৈ'সু লৈবে খোৰ্জ্জে সূব ঙাক্
ঙম্ন যাওবে ঙসিদি মীনকেতন্ নুংসিব ঙাক্।

অসৈবগী নিতাইপোদ অসৈবগী সৈবোই
অসৈবগী জয ভাই বিদাই আশীর্বাদ
সনবীক্ পবেং যাচঙ্ সৈবোল্ খম্মিন্ তেংথা
পৈদুনবু থম্ চীংদুম্মুক্ ৱাং লাইবিক্ কযা'ম
খান্বী মৈত্রেঙ্ অবাবদ ফুদোঙ্লব সনান
হেঞ্জবগুম্ হেন্নবু হেন্
মকে সেম্ব হৈবব মীনকেতন্ ৱাহৈন
কেজবদ পূম্‌তেং তেংন তেং
অযাংবসু যাংনদুম্ অকম্বসু লূম্নদুম্ তোপ্ তোপ্
সোক্লবদি মান তাই হেক্ত ৱাহৈ খুদীং তোম্‌থিল্ তোম্‌থিল্
হাযববদি মান তায হেক্ত খোঙ্গোক্লোল্সু তুম্পক্ তুম্পক্
মীওই লীসিং লীসির্গনি ওইজনীংব মীনকেতন'মা মসামক্
'দুবু যাদে লৈ মীন মাদং মথন্তমক্।

ঔবাইবিঙৈ সৈবেং মচাগী খোঞ্জেল্লক্
থংলক্‌ই মমান মবক্ঃ
কৈদৌববগে ঈবুংঙো নহাক্‌পু
ঙাওববা হায়বনি নদোম্ ৱা ঙাঙ্‌লিবদুবু।

লাইবিক্ পাব ওইব'দি লাইবিক্ পাবি'নি হায়দৌব
খোঙ্জে সূব খূদীং তৌববনে নঙ্গুন্নদুম্
চোইবোল্ পাবোল্ লোন্ববা মুকম্ মুকম্নবু সোন্ !
সক্লক্উ ঈসৈ মোইবাংসাই ওইন তাবগে ঈমা
সক্লক্উ ঈসৈ শূৎলং ঈসৈ ওইন খুন্নক্কে ঈমা।

কায়হল্লবদ মমান মঙ্
হায়বক্ই মচান মোমোন্নবু নোক্ঃ

পলেম্ ঈমা নুংসিবী
তৌদে কৈসু ঈমা ঐ
সৈবেং সৈবোল্ সৈনিল্ লাং
তম্জবনি ঈমা মীনকেতন্মায় ঈনিল্ লাং।

# কুইরবগী মতুঙ্দ

লুহোংফম্ অমগী ৱাবীনি
নুপীন ঈসৈ সক্প মফম্ অমগী
য়ৈ নুপান পুঙ্বুদি ।
মচা-মসূ চাউবক্লবসিং
মমা-মপা সোঞ্জিল্লক্লবসিং
মসক্ উৎহৌদব য়াদেবু খন্
মীওই কযা সেল্ থায
নুপীসুনি,
নুপানদি মান্দব মযোল্ চঙ্লগ
ঐখোযসু যাফম্ থোক্ইবু খন্
যাওই্ কনাগুম্বী নুপীসু সেল্ থাব।

সক্হেন্বী খবন লুহোংবগী ঈসৈ সক্পদ
হনু- হন্না কযান মপুক্লীংবু নৌথোক্
ঈসৈদি তাববু সা
ঈসৈ সক্পী যেংবদ কাই যা ।

চহি হুম্ফু তান্খৎলক্লব
মকোই চোম্ব নুপা অমন
ঙাইহাক্ লৈতন মান্দব মযোল্ চঙ্বদ
অমসু অমসু হংনবক্ই ঃ

কনানো সেল্ তোযন থাবিব নুপাসি ?
মকোই চোম্ব নুপাদু অমুক্সু চঙ্লক্পদ
লুহোংফম্দ লাঙ্নবক্ই
নুপাসি অমুক্সু থোবক্লে
সেল্ থাব চঙ্খবে ।

কোইজোম্ব নুপাদুন সেল্ থাব তোয়মন্বদূদ
ঈসে হন্বী নুপীদু সাউবক্ই
হৈনদদুন পিসুম্ব সুক্রক্ইঃ
চঙ্লক্লনুবা সেল্ থাব
ঈকায়জবেবা মীগী মমাঙ্দ,
নুপাদুন চীংলেম্ব মতৌদ ফোঙ্দোবক্ইঃ
তাঙ্ন থোক্প থৌদোক্নি মসি।

মমাঙ্দ ফম্ব অহল্ লমল্ খবদি
নোক্মি নোক্মিবু তৌন ঝাবী সানবক্ইঃ

মসিবু বুধ চিংথাম্ নত্রনে !
ঈসৈ হন্বীসিবুদি উর্মিলানি হায়ব খঙ্ইনে !
নীংসিংহল্লে নৌন অমুক্ ঙসি
বুধ অমসুং উর্মিলা
খম্ব থোইবীনি মতম্ অমগী।

# মিংসেন্দ

ঐদী,
দ্রামা য়াওখিদে
সিনেমা কৃম্খিদে
নহা সাখিদে অহল্গী সক্রোন্সু লৌখিদে
ঐন ঐগী ঈসক্ সেম্জখিদে
অদুবু ঐবু অসুম্ন তৌবববনে ?
উবিবসিবু মঙ্লান্ নত্তববনে ?

ঐগ মাযোক্লবিব মীওইসিদি
মমীৎ কৃৎসিল্লি
চূবা চপ্সিল্লি
মমাযদ লৈই চিংসিল্লি
মসক্ খঙ্ব কনাগুম্ব অমদি মাল্লি
নীংসিংনব ঐন হোৎনবি।

হাযজৌ ঐবু হায়ববদি
পাউদম্জনীংই অসুম্নবু নঙোন্দ,
অদুঙৈগী মতম্দনিবু হায়জবগে
লৈ সাৎপ যেংজনীংলম্মী
চেক্লান খোংব তাজনীংলম্মী
থাবল্ ফবদ নুংঙাইজবম্মী
পুক্নীংদ নুংওন্ব মতাঙ্সু য়াওজখি
অদুবু মতম্ন কনাবুসু ঙাইবীদ্রবসু
পুন্সিসে কবিনো খঙ্জদ্রবসু
চহি য়াম্সিল্লক্পগী হৌনবী

মমল্ অমদি থন্নীবে ঙসিদি
অহল্গী মিংগৌ অমদি কোলোইনবীবে।

হায়বা ঙন্নগনি হৌজিক্তি
সক্মান্নন ঐনা উবিব মহাক্সি
অতৈ কনা অম ওইবম্দবে
ঐহাক্কী ঐ অমনি।

ঈসান ঈসাগী ইমিনি খঙ্জব মীৎকূপ্সিদা
মীৎলু পিবাং ঈহৌবক্লে
ঐন ঐবু উজবফাওব ঙম্সিল্লক্রে ।

